শ্রীনন্দিকেশ্বরগী

# অভিনয় দর্পণ



মৈতৈলোন্দা ওহোকপা
শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

শ্রীনন্দিকেশ্বরগী

# অভিনয় দর্পণ

মৈতৈলোন্দা ওহোকপা

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

মমল লুপা ২.৫০

# বাহৈ থরা

মৈতৈ অগোইগী খুংথেক শাথেকা মত ভিন্নব্রবস্থু ভারতকী লিরবা অমদি অভিনয়গী মরমদা মপুং ফাবা 'অভিনয় দর্পণ' গী মৈতৈ লোন্দা হন্দোকপা মশক অমত্তা ডসি ফাওবদা লৈতবা অসিগী খুদোং চাদবা কোল্লবা হায়গনা অঙম্বা থৌদাং থরদং পাঙ্থোকচনা ইরৈবাকী সেবা তৌজবা শকচনিঙ্বদগী চাউরাকপা শক্তমত্তা ওইরবস্থু উৎচবা ওয়ব লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজরুই। লাইরিক অসি ইবদা অভিনয় দর্পণ—by Manomohan Ghosh *M. A. Kavyatirtha*; অভিনয় দর্পণ—দেবদত্ত শাস্ত্রী, কিতাবমহল এলাহাবাদ; অভিনয় দর্পণ—হেমচন্দ্র ভট্টাচার্যা, সাহিত্য বিনোদ; অভিনয় দর্পণ—অশোক নাথ শাস্ত্রী—হায়রিবা লাইরিকশিং অসি তানজনা ইজবনি। মীরৈবাক্তা ফোঙ্নরকলিবা অসিগুম্না য়াম্না হেজিন্না থিজিন হুমজিনবা ওস্বগী শক্তি চেঞ্জদবগা, মহুগী খুদোং চাবা ফংনবা হোৎনরুবগী থৌরাঙ স্থ চাউমনথিবগা মথক্তা কোঙ্বিরকপা হায়গী লাইরিকশিং অসি য়েংজরগা চাউরাকপা মশক অমত্তং লাকশিন্নবা তৌজবনি। মথক্কী লাইরিকশিং অসি ইবীরকপা পণ্ডিতশিং অসিগী লম্মন্দি হায়নিংঙাই লৈতনা তোনশিল্লে। মহুগীদমক মথোয়না পাঙজত্রবা ঐগী ইরাল ডাকপিসহু। শ্লোক্কী অর্থ হন্দোকপদা করিগুম্বা পানশিনবা য়াদবা অকায়বা লৈরবস্থ অথঙ্ অহৈ ওজাশিংনা তাকপিগনি। অরোইবদা—মরী লৈনবা লাইরিকশিং পীবিদূনা খুদোং চাবা ফংহনবীথিবগীদমক শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজী নর্ত্তনালয় অমদি অতোম্বাপু রিসার্চ সেন্টর ইম্ফালগী সেক্রেটরিশিং অমদি শ্রীবিপিন সিংহবুস্থ তোবিমল থঙ্বা উচৈ। ইতি—

সুরচান্দ শর্ম্মা

# সূচী


১। মঙ্গলাচরণম্ — ১
২। নাট্যোৎপত্তিঃ — ১-২
৩। নাট্যপ্রশংসা — ২-৩
৪। নটনভেদাঃ — ৩
৫। নটন প্রয়োগকালঃ — ৪
৬। নাট্য-নৃত্ত-নৃত্য — ৪
৭। সভাপতিলক্ষণম্ — ৫
৮। মন্ত্রি ,, — ৫
৯। সভা ,, — ৬
১০। সভারচনা — ৬
১১। রঙ্গস্থলম্ — ৬
১২। পাত্রলক্ষণম্ — ৭
১৩। কিঙ্কিণী লক্ষণম্ — ৮
১৪। প্রার্থনাদিকম্ — ৮
১৫। রঙ্গাধিদেবতা স্তুতিঃ — ৮
১৬। পুষ্পাঞ্জলিঃ — ৯
১৭। নাট্যক্রমঃ — ৯
১৮। অভিনয়ঃ — ১০
১৯। আঙ্গিক, বাচিক, আহার্য্য, সাত্ত্বিক — ১০
২০। সাত্ত্বিকাভিনয়স্য-প্রকার ভেদাঃ — ১০
২১। আঙ্গিকাভিনয়স্য-প্রকার ভেদাঃ — ১১
২২। অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ, উপাঙ্গ — ১১-১২
২৩। শিরো ভেদাঃ — ১২
২৪। সমশিরঃ — ১২
২৫। বিনিয়োগঃ — ১৩
২৬। উদ্বাহিত শিরঃ — ১৩
২৭। বিনিয়োগঃ — ১৩
২৮। অধোমুখ শিরঃ — ১৩
২৯। বিনিয়োগঃ — ১৩
৩০। আলোলিত শিরঃ — ১৩
৩১। বিনিয়োগঃ — ১৪
৩২। ধুত শিরঃ — ১৪
৩৩। বিনিয়োগঃ — ১৪
৩৪। কম্পিত শিরঃ — ১৫
৩৫। বিনিয়োগঃ — ১৫
৩৬। পরাবৃত্ত শিরঃ — ১৫
৩৭। বিনিয়োগঃ — ১৫
৩৮। উৎক্ষিপ্ত শিরঃ — ১৫
৩৯। বিনিয়োগঃ — ১৫
৪০। পরিবাহিত শিরঃ — ১৬
৪১। বিনিয়োগঃ — ১৬
৪২। দৃষ্টি ভেদাঃ — ১৬
৪৩। সমদৃষ্টি — ১৬
৪৪। বিনিয়োগঃ — ১৬

৪৫। আলোকিত দৃষ্টিঃ — ১৭
৪৬। সাচী „ — ১৭
৪৭। প্রলোকিত „ —১৭ ১৮
৪৮। মীলিত „ — ১৮
৪৯। উল্লোকিত „ — ১৮
৫০। অনুবৃত্ত „ —১৮-১৯
৫১। অবলোকিত „ — ১৯
৫২। গ্রীবা ভেদাঃ — ১৯
৫৩। সুন্দরী গ্রীবা — ১৯
৫৪। তিরশ্চীনা — ২০
৫৫। পরিবর্ত্তিতা — ২০
৫৬। প্রকম্পিতা — ২০
৫৭। হস্ত ভদা — ২১
৫৮। অসংযুত হস্তঃ — ২১
৫৯। পতাক হস্তঃ — ২২
৬০। ত্রিপতাক হস্তঃ — ২৩
৬১। অর্দ্ধপতাক হস্তঃ —২৩-২৪
৬২। কর্ত্তরী মুখ হস্তঃ — ২৪
৬৩। ময়ূর হস্তঃ —২৪-২৫
৬৪। অর্দ্ধচন্দ্র হস্তঃ — ২৫
৬৫। অরাল হস্তঃ —২৫-২৬
৬৬। শুকতুণ্ড হস্তঃ — ২৬
৬৭। মুষ্টি হস্তঃ — ২৬
৬৮। শিখর হস্তঃ —২৬-২৭
৬৯। কপিত্থ হস্তঃ —২৭-২৮
৭০। কটকামুখ হস্তঃ — ২৮
৭১। সূচী হস্তঃ —২৮-২৯
৭২। চন্দ্রকলা হস্তঃ — ২৯
৭৩। পদ্মকোশ হস্তঃ — ৩০
৭৪। সর্পশীর্ষ হস্তঃ —৩০-৩১
৭৫। মৃগশীর্ষ হস্তঃ — ৩১
৭৬। সিংহমুখ হস্তঃ —৩১-৩২
৭৭। কাঙ্গুল হস্তঃ — ৩২
৭৮। অলপদ্ম হস্তঃ —৩২-৩৩
৭৯। চতুর হস্তঃ — ৩৩
৮০। ভ্রমর হস্তঃ — ৩৪
৮১। হংসাস্য হস্তঃ —৩৪-৩৫
৮২। হংসপক্ষ হস্তঃ — ৩৫
৮৩। সন্দংশ হস্তঃ — ৩৫
৮৪। মুকুল হস্তঃ —৩৫-৩৬
৮৫। তাম্রচূড় হস্তঃ — ৩৬
৮৬। ত্রিশূল হস্তঃ — ৩৬
৮৭। ব্যাঘ্র হস্তঃ —৩৬-৩৭
৮৮। অর্দ্ধসূচী হস্তঃ — ৩৭
৮৯। কটক হস্তঃ — ৩৭
৯০। পল্লী হস্তঃ — ৩৮
৯১। সংযুত হস্তঃ — ৩৮
৯২। অঞ্জলি „ — ৩৯
৯৩। কপোত „ — ৩৯
৯৪। কর্কট „ — ৪০
৯৫। স্বস্তিক „ — ৪০
৯৬। ডোলা „ — ৪০
৯৭। পুষ্পপুট „ — ৪১
৯৮। উৎসঙ্গ „ — ৪১

৯৯। শিবলিঙ্গ হস্তঃ —৪১-৪২
১০০। কটকাবর্দ্ধন ,, — ৪২
১০১। কর্ত্তরীস্বস্তিক ,, — ৪২
১০২। শকট ,, — ৪২
১০৩। শঙ্খ ,, — ৪৩
১০৪। চক্র ,, — ৪৩
১০৫। সম্পুট ,, — ৪৩
১০৬। পাশ ,, — ৪৪
১০৭। কীলক ,, — ৪৪
১০৮। মৎস্য ,, — ৪৪
১০৯। কূর্ম্ম ,, —৪৪ ৪৫
১১০। বরাহ ,, — ৪৫
১১১। গরুড় ,, — ৪৫
১১২। নাগবন্ধ ,, — ৪৫
১১৩। খট্বা ,, — ৪৫
১১৪। ভেরুণ্ড ,, — ৪৬
১১৫। দেবহস্তঃ — ৪৬
১১৬। ব্রহ্মাহস্ত — ৪৬
১১৭। ঈশ্বর ,, — ৪৬
১১৮। বিষ্ণু ,, — ৪৭
১১৯। সরস্বতী ,, — ৪৭
১২০। পার্ব্বতী ,, — ৪৭
১২১। লক্ষ্মী ,, — ৪৭
১২২। বিনায়ক ,, — ৪৭
১২৩। ষন্মুখ ,, — ৪৮
১২৪। মন্মথ ,, — ৪৮
১২৫। ইন্দ্র ,, — ৪৮
১২৬। অগ্নি হস্তঃ — ৪৮
১২৭। যম ,, — ৪৮
১২৮। নির্ঋতি ,, — ৪৯
১২৯। বরুণ ,, — ৪৯
১৩০। বায়ু ,, — ৪৯
১৩১। কুবের ,, — ৪৯
১৩২। মৎস্যাবতার ,, — ৪৯
১৩৩। কূর্ম্মাবতার ,, — ৫০
১৩৪। বরাহ ,, ,, — ৫০
১৩৫। নৃসিংহ ,, ,, — ৫০
১৩৬। বামন ,, ,, — ৫০
১৩৭। পরশুরাম ,, ,, — ৫০
১৩৮। রামচন্দ্র ,, ,, — ৫১
১৩৯। বলরাম ,, ,, — ৫১
১৪০। কৃষ্ণ ,, ,, — ৫১
১৪১। কল্কী ,, ,, — ৫১
১৪২। রাক্ষস হস্তঃ — ৫২
১৪৩। ব্রাহ্মণ ,, — ৫২
১৪৪। ক্ষত্রিয় ,, — ৫২
১৪৫। বৈশ্য ,, — ৫২
১৪৬। শূদ্র ,, — ৫৩
১৪৭। দম্পতী ,, — ৫৩
১৪৮। মাতৃ ,, — ৫৩
১৪৯। পিতৃ ,, — ৫৪
১৫০। শ্বশ্রূ ,, — ৫৪
১৫১। শ্বশুর ,, — ৫৫
১৫২। ভর্ত্তৃভ্রাতৃ ,, — ৫৫

১৫৩। ননান্দ হস্তঃ — ৫৫
১৫৪। জ্যেষ্ঠ কনিষ্ঠভ্রাতৃ হস্তঃ — ৫৫
১৫৫। পুত্র হস্তঃ — ৫৬
১৫৬। স্নুষা ,, — ৫৬
১৫৭। সপত্নী ,, — ৫৬
১৫৮। নৃত্যহস্ত গতি — ৫৬-৫৭
১৫৯। নৃত্য হস্তঃ — ৫৭
১৬০। সূর্য্যহস্তঃ — ৫৭
১৬১। চন্দ্র ,, — ৫৮
১৬২। কুজ ,, — ৫৮
১৬৩। বুধ ,, — ৫৮
১৬৪। গুরু ,, — ৫৮
১৬৫। শুক্র ,, — ৫৮
১৬৬। শনি ,, — ৫৯
১৬৭। রাহু ,, — ৫৯
১৬৮। কেতু ,, — ৫৯
১৬৯। পাদ ভেদাঃ — ৫৯
১৭০। মণ্ডল ভেদাঃ — ৫৯-৬০
১৭১। স্থানক মণ্ডলম্ — ৬০
১৭২। আয়ত ,, — ৬০
১৭৩। আলীঢ় ,, — ৬০
১৭৪। প্রত্যালীঢ় ,, — ৬০
১৭৫। প্রেঙ্খণ ,, — ৬১
১৭৬। প্রেরিত ,, — ৬১
১৭৭। স্বস্তিক ,, — ৬১
১৭৮। মোটিত ,, — ৬২
১৭৯। সমসূচ মণ্ডলম্ — ৬২
১৮০। পার্শ্বসূচী ,, — ৬২
১৮১। স্থানক ভেদাঃ — ৬২
১৮২। সমপাদস্থানম্ — ৬৩
১৮৩। একপাদ ,, — ৬৩
১৮৪। নাগবন্ধ ,, — ৬৩
১৮৫। ঐন্দ্রক ,, — ৬৩
১৮৬। গরুড় ,, — ৬৪
১৮৭। ব্রহ্মা ,, — ৬৪
১৮৮। উৎপ্লবন ভেদাঃ — ৬৪
১৮৯। অলগোৎপ্লবনম্ — ৬৫
১৯০। উৎপ্লবন কর্ত্তরী — ৬৫
১৯১। অশ্বোৎপ্লবনম্ — ৬৫
১৯২। মোটিতোৎপ্লবনম্ — ৬৫
১৯৩। কৃপালগোৎপ্লবনম্ — ৬৬
১৯৪। ভ্রমরীলক্ষণম্ — ৬৬
১৯৫। উৎপ্লুতভ্রমরী — ৬৬
১৯৬। চক্র ,, — ৬৭
১৯৭। গরুড় ,, — ৬৭
১৯৮। একপাদ ,, — ৬৭
১৯৯। কুঞ্চিত ,, — ৬৭
২০০। আকাশ ,, — ৬৭
২০১। অঙ্গ ,, — ৬৮
২০২। চারীভেদাঃ — ৬৮
২০৩। চলন চারী — ৬৮
২০৪। চংক্রমনম্ — ৬৯
২০৫। সরণম্ — ৬৯

২০৬। বেগিনী — ৬৯
২০৭। কুট্টনম্ — ৬৯
২০৮। লুঠিতম্ — ৭০
২০৯। লোলিতম্ — ৭০
২১০। বিষমসঙ্করঃ — ৭০
২১১। গতিভেদাঃ — ৭০
২১২। হংসী গতিঃ — ৭১
২১৩। ময়ূরী „ — ৭১
২১৪। মৃগী „ — ৭১
২১৫। গজলীলা „ — ৭১
২১৬। তুরঙ্গিনী „ — ৭২
২১৭। সিংহী „ — ৭২
২১৮। ভুজঙ্গী „ — ৭২
২১৯। মণ্ডুকী „ — ৭২
২২০। বীরা „ — ৭৩
২২১। মানবী „ — ৭৩
২২২। উপসংহারঃ — ৭৩
২২৩। অষ্টরসাঃ — ৭৪
২২৪। শৃঙ্গার অবস্থা — ৭৪-৭৫
২২৫। চিন্তা — ৭৫
২২৬। সঙ্কল্প — ৭৫
২২৭। গুণকীর্ত্তন — ৭৬
২২৮। ক্রিয়াদ্বেষ — ৭৬
২২৯। তাপ — ৭৬
২৩০। লজ্জাত্যাগ — ৭৭
২৩১। উন্মাদ — ৭৭
২৩২। মূর্চ্ছা — ৭৭
২৩৩। ব্রহ্মা — ৭৮
২৩৪। গন্ধর্ব্ব — ৭৮
২৩৫। অপ্সরা — ৭৮
২৩৬। উষা — ৭৮
২৩৭। নারদ — ৭৮
২৩৮। গণেশ —৭৮ ৭৯
২৩৯। লক্ষ্মী — ৭৯
২৪০। সরস্বতী — ৭৯
২৪১। চন্দ্র —৭৯-৮০
২৪২। গরুড় — ৮০
২৪৩। মন্মথ — ৮০
২৪৪। যম —৮০-৮১
২৪৫। কুবের — ৮১
২৪৬। সূর্য্য — ৮১
২৪৭। বুধ — ৮১
২৪৮। বৃহস্পতি — ৮২
২৪৯। শুক্র — ৮২
২৫০। শনি — ৮২
২৫১। রাহু — ৮৩

# অভিনয়দর্পণঃ

## মঙ্গলাচরণম্

আঙ্গিকং ভুবনং যস্য বাচিকং সর্ব্ববাঙ্ময়ম্ ।
আহার্য্যং চন্দ্রতারাদি তং নুমঃ সাত্ত্বিকং শিবম্ ॥ ১ ॥

## নাট্যোৎপত্তিঃ

নাট্যবেদং দদৌ পূর্ব্বং ভরতায় চতুর্ম্মুখঃ ।
ততশ্চ ভরতঃ সার্দ্ধং গন্ধর্ব্বাপ্সরসাং গণৈঃ ॥ ২ ॥
নাট্যং নৃত্তং তথা নৃত্যমগ্রে শাম্ভোঃ প্রযুক্তবান্ ।
প্রয়োগ মুদ্ধতং স্মৃত্ব স্বপ্রযুক্তং ততো হরঃ ॥ ৩ ॥

---

ময়োল অহুম্মক্কা মহাক্কী আঙ্গিকাভিনয় ওইবা, শাস্ত্র পুম্নমক্কা মাগী বাচিকাভিনয় ওইবা, থা, থবানমীচাক্কা চিংবনা মাগী আহার্য্য অভিনয় ওইনবা অশেংবা সাত্ত্বিকক্কী মশক ওইবা অহুগুম্বা শিববু খুরুমজৈ ॥ ১ ॥

অহানবমক্কদা ব্রহ্মানা ভরত-তা নাট্য-বেদ শখীখি । ভরতনা মখংদা গন্ধর্ব্ব অমসুং অপ্সরাশিংগা লোয়ননা মহাদেবগী মাঙদা নাট্য, নৃত্ত, অমসুং নৃত্য অহুম্মক উৎখি ॥ ২—৩ ॥

---

১। আঙ্গিকাভিনয়— হকচাং পুম্নমক্কী অভিনয়
২। বাচিকাভিনয়— ৱাঙাও, শাঙাও অমদি ঈশৈশনচিংবগী শক্তক
৩। আহার্য্যাভিনয়— ফিজেৎ লৈতেংনচিংবনা মশক তাকপা ।

তণ্ডুনা স্বগণাগ্রণ্যা ভরতায় ন্যদীদিশৎ।
লাস্যমস্যাগ্রতঃ প্রীত্যা পার্ব্বত্যা সমদীদিশৎ ॥ ৪
বুদ্ধাথ তাণ্ডবং তণ্ডোর্মর্ত্ত্যেভ্যো মুনয়োঽবদন্।
পার্ব্বতী ত্বনুশাস্তি স্ম লাস্যং বাণাত্মজামুষাম্ ॥ ৫ ॥
তয়া দ্বারবতী গোপ্যস্তাভিঃ সৌরাষ্ট্রযোষিতঃ।
(১) তাভিস্তু তত্তদ্দেশীয়াস্তদশিষ্যন্ত যোষিতঃ।
এবং পরম্পরাপ্রাপ্তমেতল্লোকে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥ ৬ ॥

## নাট্যপ্রশংসা

ঋগ্‌যজুঃ সামবেদেভ্যো বেদাচ্চাথর্ব্বণঃ ক্রমাৎ।
পাঠ্যং চাভিনয়ং গীতং রসান্ সংগৃহ্য পদ্মজঃ।

---

মথংদা মহাদেবনা মশাগী উদ্ধত (অকনবা) জগোই নিঙশিংহুনা মাগী অথোইবা মনাই তণ্ডুবু ভরত-তা মহু তম্বীহনখি অদুগা মুংশিবিবনা মরম ওইহুনা তণ্ডুগী মমাঙ্‌মক্তদা পার্ব্বতীনা ভরতপু লাস্য (নূপী) জগোইগী পাউতাক পীহনবীখি ॥ ৪ ॥

মথংদা মুনিশিংনা তণ্ডুদগী উদ্ধত (নিপা থোকপা) জগোই তম্লগা তাইবঙ্ মীশিংদা অমুক তম্বীখি, অদুগা পার্ব্বতীনস্থ বাণনিংথৌগী মচানূপী ঊষাদা নূপী জগোই তম্বীখি ॥ ৫ ॥

মথংদা দ্বারকানূপীশিংনা (গোপী) ঊষাদগী জগোই অহু তমখি। সৌরাষ্ট্রনূপীশিংনা মথোয়দগী অমুক মথাঙ তম্লগা অতৈ অতৈ লৈবাকী নূপীশিংদা অমুক তম্বাখি। অসুম তৌনা মথাঙ মথাঙ শমথরক্তুনা পৃথিবীদা জগোই শন্দোরকখি ॥ ৬ ॥

---

নাট্যবেদ— স্বায়ম্ভুব মনুগী মতমদা ত্রেতা হৌবকপদা মীওইবগী অয়াবা কোক্লগা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা ব্রহ্মাদা হায়জবদগী মঙ্‌গুবা বেদ ওইনা 'নাট্যবেদ' অসি ব্রহ্মানা শেম্মখি।

ঊষা— প্রহ্লাদগী মশূনিপা শোনিতপুরগী নিংথৌ বাণগী মচানূপীনি। মহাক্কা কৃষ্ণগী মশূ ইবুংঙো অনিরুদ্ধদা ওঙ্‌হুনা দ্বারকাগী মৌওইখি।

(১) তাভিস্তু শিক্ষিতা নার্য্যো নানাজনপদাস্পদাঃ—অশোক নাথ

ব্যরীরচচ্ছাস্ত্রমিদং ধর্ম্মকামার্থ মোক্ষদম্ ॥ ৭ ॥
কীর্ত্তিপ্রাগল্‌ভ্য সৌভাগ্য বৈদগ্ধ্যানাং প্রবর্দ্ধনম্ ।
ঔদার্য্য স্থৈর্য্যধৈর্য্যাণাং বিলাসস্য চ কারণম্ ॥ ৮ ॥
দুঃখার্ত্তি শোকনির্ব্বেদ খেদবিচ্ছেদকারণম্ ।
অপি ব্রহ্মপরানন্দাদিদমভ্যধিকং মতম্ ।
জহার নারদাদীনাং চিত্তানি কথমন্যথা ॥ ৯ ॥

## নটনভেদাঃ

এতচ্চতুর্বিধোপেতং নটনং ত্রিবিধং স্মৃতম্ ।
নাট্যং নৃত্তং নৃত্যমিতি মুনিভির্ভরতাদিভিঃ ॥ ১০ ॥

---

ব্রহ্মানা ঋগ, যজু, সাম অমদি অথর্ব্ব বেদ মশিমক অসিদগী মথং মনাউ নাইবা পাঠা ( বাঙাঙবগী শরুক ), অভিনয় ( মতৌ তম্বগী শরুক ), গীত ( ঈশৈগী শরুক ) অমশুং রসগী শরুক – ময়াম অসি লৌখত্তূনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ পীনহৈবা অসিগুম্নবা শাস্ত্র অসি শেমখি ॥ ৭ ॥

অসিগুম্বা শাস্ত্র অসিনা মীওইবশিংবু মিংচৎ ফংহল্লি, হৈশিংবা হেলহল্লি, মন্নাইবক ফবা ওইহল্লি অমসুং খঙবা হৈবা হেলহল্লি অচুগা পূকচেন চাউবা, ক্ষিবম চেৎপা, পূক্নিঙ ঈংবা অমদি কেবা-মৌবা হৈবা হায়বত্র ওইহল্লি ॥ ৮ ॥

মসিনা অনংবা, অৱাবা, অনাবা, পূক্নিঙ হুম্বা অমদি খোইরাঙ খোয়শাউবা মাঙহল্লি, করি অমুক হায়গনি, ব্রহ্মমক ফংবগী নুংঙাইবা অতুমক্তদগীসু হেন্না নুংঙাইবা ফংহল্লি। মরমদি, অসিগুম্বমক ওইত্রবদি নারদনচিংবা দেবর্ষিশিংগী থম্মোইমকপু মসিনা করম গুমহৎখিবা ঙমগনি ? ॥ ৯ ॥

---

ধর্ম্ম— মথৌ মশক খঙ্‌নবা, অর্থ— শেল তানবগী মবম খঙ্‌বা, কাম— পামগদবা পামলোইদবা লেপ্পা ওন্বা, মোক্ষ— অৱা অনা কোক্তুনা নুংঙাইবা ফংহনবা।

নারদ— ব্রহ্মাগী মানস-পুত্রনি, ব্রহ্মাদগী ঈশৈ তমখি। মথংদা অমুক বিষ্ণুগী যাথংনা উলুকেশ্বর হায়না কৌবা গন্ধর্ব্বদগী সঙ্গীতকী মরম লিঙ্‌খিনা তমথখি। বীণা পায়ত্তুনা হরিগী গুণ শকপা শোনবা তৌদুনা কোয়রচৎ চৎপনা মাগী লাইনিঙ্‌নি।

## নর্তন প্রয়োগকালঃ

দ্রষ্টব্যো নাট্যনৃত্যো চ পর্ব্বকালে বিশেষতঃ।
নৃত্তং তত্র নরেন্দ্রাণামভিষেকে মহোৎসবে ॥ ১১ ॥
যাত্রায়াং দেবযাত্রায়াং বিবাহে প্রিয়সঙ্গমে।
নগরাণামগারাণাং প্রবেশে পুত্রজন্মনি।
শুভার্থিভিঃ প্রয়োক্তব্যং মাঙ্গল্যং সর্ব্বকর্ম্মসু। ১২ ॥

## নাট্যম্

নাট্যং তন্নাটকঞ্চৈব পূজ্যং পূর্ব্বকথাযুতম্।

## নৃত্তম্

ভাবাভিনয়হীনন্তু নৃত্তমিত্যভিধীয়তে ॥ ১৩ ॥

## নৃত্যম্

রসভাবব্যঞ্জনাদিযুক্তং নৃত্যমিতীর্য্যতে।
এতন্নৃত্যং মহারাজ-সভায়াং কল্পয়েৎসদা ॥ ১৪ ॥

---

মথক্তা হায়ব্রবা পাঠ্য, অভিনয়, গীত অমসুং রস—নট মথল মরি অসিবু ভরতনচিংবা মুনিশিংনা নাট্য, নৃত্ত অমসুং নৃত্য হায়না মথল অহুম থোক্লা খায়-দোক্লমী ॥ ১০ ॥

থোইদোকপা ওইনা উৎসব (হরাউ কুম্ম) গী মতমদা নাট্য অমসুং নৃত্য উৎকনি। নিংথৌগী অভিষেক মতমদা, চহিগী ওইনা থোকপা মীগী নত্রগা লাইগী সুমিৎশিংদা, লুহোঙবদা, চায়বা সুংশবা উয়বদা, সহরদা চঙবদা, য়ুম শঙ্গাবদা, মচানিপা পোকপদা অমদি মঙ্গলগী থবক পুন্নমক্তা য়াইকনিঙবা মীশিংনা 'নৃত্ত' হায়বসি শাগদবনি ॥ ১১—১২ ॥

থায়নগী অরিবা বারী তাংদুনা শেম্বা মথক অদুবু 'নাট্য' নত্রগা 'নাটক' (১) হায়না কৌই, অদুগা ভাব কোংদোকপা য়াওদবা হকচাংগী লেঙবা ওৎপতমক তৌবা অদুবুনা 'নৃত্ত' হায়না খঙনৈ ॥ ১৩ ॥

রস অমদি ভাব কোংদোকপন-চিংবা তৌবা হকচাংগী লেঙবা ওৎপনচিংবা মতৌবু 'নৃত্য' হায়না কৌই। মসিদি মহারাজশিংগী সভাদা মতম পুম্বদা উৎকনি ॥ ১৪ ॥

---

(১) রূপক মথল ভরাগী মনুংদা 'নাটক' হায়বসি যাওই। রূপক তরাদি নাটক, প্রকরণ, ভাণ, প্রহসন, ডিম, ব্যায়োগ, সমবকার, বীথী, অঙ্ক অমসুং ঈহামৃগ।

## সভাপতিলক্ষণম্

শ্রীমান্ ধীমান্ বিবেকী বিতরণনিপুণো গানবিদ্যা প্রবীণঃ
সর্ব্বজ্ঞঃ কীর্ত্তিশালী সরসগুণযুতো হাবভাবেষ্বভিজ্ঞঃ।
মাৎসর্য্যদ্বেষহীনঃ প্রকৃতিহিত সদাচারশীলো দয়ালু-
র্ধীরো দান্তঃ কলাবানভিনয়চতুরোঽসৌ সভানায়কঃ স্যাৎ ॥ ১৫ ॥

## মন্ত্রিলক্ষণম্

মেধাসুস্থিরভাষণা গুণপরাঃ শ্রীমদ্‌যশোলম্পটা
ভাবজ্ঞা গুণদোষভেদনিপুণাঃ শৃঙ্গারলীলাযুতাঃ।
মধ্যাস্থানয়কোবিদ - সহৃদয়াঃ সৎপণ্ডিতা ভান্তি তে
ভাষাভেদবিচক্ষণাঃ সুকবয়েঽস্যস্য (১) প্রভোর্মন্ত্রিণঃ ॥ ১৬ ॥

---

শক ফজবা, লৌশিং শিংবা, বাখল থম্বহৈবা, পীগনবা, ঈশৈ হৈবা, হিরম পুম্নমক্তা খঙ্‌হৈবা ওইবা, মিংচৎ লৈবা, রস চেনবা, মগুণ লৈবা, হাবভাব (ভাবভঙ্গী) ফোংদোকপদা হৈশিংবা, মীগী অফবা য়েংঙমদবা ওইদবা অমদি কল্লক-পুকচেন চেন্দবা, প্রজাগী ফননবা বাখলনা মাঙ্‌ওইনবা, লমচৎ ফজবা, লুংশিহৈবা অথাঙ্গকনবা ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙম্বা, কলাবিদ্যাদা হৈশিংবা, অভিনয় চঙথোম্না হৈবা—অসিগুম্বা নিপাসা 'সভাপতি' ওইগদবনি ॥১৫॥

কাউগন্দবা (মেধাবী), অচুম্বা ঙাঙ্‌বা, লুংশিহৈবনচিংবা গুণ চেনবা, শক ফজবা, মিংচৎ পাম্বা, মীগী পুক্নিঙ্‌ খঙ্গনবা, দোষ গুণ লেপ্পা হৈবা, কেবংমৌবনচিংবা ফোংদোকপদা মিংতা-নাতা তৌবা হৈবা, মীচঙ্‌ সঙ্গন নাইদবা, নীতি খঙবা, পুকচেন চাউবা, শাস্ত্র খঙবা, লোন য়াম্না হৈবা, কবি ওইবা—অসিগুম্বা নিপাশিংনা মথক্তা হায়খ্রবা মবুংঙো অদুগী মন্ত্রী ওইগদবনি।

---

প্রজাগী ফননবা খনবা হায়বসিনা সভাপতি অসি নিংথৌবুসু খঙনৈ।

(১) যস্ত—পাঠ

## সভালক্ষণম্

সভা কল্পতরুর্ভাতি বেদশাখোপজীবিতঃ।
শাস্ত্রপুষ্প সমাকীর্ণো বিদ্বদ্‌ভ্রমর শোভিতঃ ॥১৭॥

## সভারচনা

এবংবিধঃ সভানাথঃ প্রাঙ্‌মুখো নিবিশেন্মুদা।
বর্ত্তেরন্ পার্শ্বয়োস্তস্য কবি-মন্ত্রি-সুহৃজ্জনাঃ ॥১৮॥

## রঙ্গস্থলম্

তদগ্রে নটনং কুর্য্যাৎ তৎস্থলং রঙ্গ উচ্যতে।
রঙ্গমধ্যে স্থিতে পাত্রে তৎসমীপে নটোত্তমঃ ॥১৯॥
দক্ষিণে তালধারী চ পার্শ্বদ্বন্দ্বে মৃদঙ্গকৌ।
তয়োর্মধ্যে গীতকারী শ্রুতিকারস্তদন্তিকে।
এবং তিষ্ঠেৎ ক্রমেণৈব নাট্যাদৌ রঙ্গমণ্ডলী।২০।

---

বেদ মরি অমদি মথোয়গী মশাশিংনা মাগী মশা ওইবা, অতোপ অতোপ্পা শাস্ত্র মখৈনা মাগী অশাংপা মপাল ওইবা অদুগা পণ্ডিত মখেনা মহুদা ইনবা খোইমু ওইবা অদুগুম্বা সভাগী মশক ওইরবা কল্প বৃক্ষনা ঙাল্লি ॥১৭॥

মশক্তা হায়শ্রব, গুণচেন্নবা সভাপতি অদুনা থবায় নুংঙাইনা নোংপোক ওয়া ফমগনি। মাগী য়েৎ-ওয়গী নাকন্দা কবিশিং, মন্ত্রীশিং অমদি মরূপ মপাংশিং ফমগনি ॥১৮॥

মমাঙদা লৈরিবা জগোয় শাকম অদুবু 'রঙ্গালয়' হায়না কৌই। রঙ্গদা পাত্রশিংনা জগোয় শাগনি, মনাক অনকপদা ওজা লৈগনি।

ঈশৈ শকপনা ময়ায়দা লৈরগা মাগী য়েৎথংবদা তাল থাবা মী লৈগনি, নাকল অনিমক্তনা পুংয়েবা অনি ফমগনি অদুগা 'শ্রুতিকার' (তানপুরা পায়বা) না মথোয় আসগী মমাঙদা লৈগনি। নাট্য হৌরক্তৈদা অসুম তৌনা শীন্দোক-চোগনি ॥২০॥

## পাত্রলক্ষণম্

তন্বী রূপবতী শ্যামা পীনোন্নতপয়োধরা ।
প্রগল্‌ভা সরসা কান্তা কুশলা গ্রহমোক্ষয়োঃ ।২১।।
বিশাললোচনা গীতবাদ্যতালানুবর্ত্তিনী ।
পরার্দ্ধ্যভূষাসম্পন্না প্রসন্নমুখপঙ্কজা ।
এবংবিধগুণোপেতা নর্ত্তকী সমুদীরিতা ।।২২।।

## বর্জ্জনীয়পাত্রাণি

পুষ্পাক্ষী কেশহীনা চ স্থূলোষ্ঠী লম্বিতস্তনী ।
অতিস্থূলাপ্যতিকৃশা অত্যুচ্চাপ্যতিবামনা ।
কুব্জা চ স্বরহীনা চ দশৈতা নাট্যবর্জ্জিতাঃ ।।২৩।।

## পাত্র প্রাণাঃ

জবঃ স্থিরত্বং রেখা চ ভ্রমরী দৃষ্টিরশ্রমঃ ।
মেধা শ্রদ্ধা বচো গীতং পাত্রপ্রাণা দশস্মৃতাঃ ।
এবংবিধেন পাত্রেণ নৃত্যং কার্য্যং বিধানতঃ ।।২৪।।

---

মশা পাম্বপ তৌবী, শক ফজবী, শ্যামা-গ্রী ওইবা-(কুচুনা সনা অহিংবা মানবা), থিক-খা ফবী, মী কিদবী ( ঈচঙ্ থোবী ), রস চেনবী, থোং নোবী, মীগী খম্মোই চিংবদা হৈশিংবী, ( মত অমদা জগোই লোবা থাবদা মনিঙ তৌবা ওম্বী ), থবাল লৈকাগুম মিৎয়েং নিঙথিবী, তাল লয় অমদি ঈশৈনচিংবগা ঈরোয়নবী, মমল য়াম্বা ফিজেৎ লৈজেংনা লৈতেংবী, মোমোন নোকপী মায়থোংনা মাগী ওইবী—অসিগুম্বা গুণ থিবীক্না তিনবী জগোই শাবী অদুবু 'পাত্র' হায়না কৌই ।।২১-২২।।

মম্বিৎ পিঙ্গলা থুংবী, মশম তেনবী, মচীনবান থা-বী, খা হিকথরবী, নোয়মনবী নত্রগা হেন্না য়াঙ্গংবী, মরেপ্পা হেন্দুনা তোলহাইনবী নত্রগা থিকনেখী, মনম পোনবী অমদি মখোন ফত্তবী—অসিগুম্বী মথল তরা অসিগী মতুং চনবী জগোই শাবীদি নাট্যদা থাদোকদবনি ।।২৩।।

মশা থিঙবা, অথাঙকনবা, ফিবম ফজবা, উপলৈ লোংলৈ নিঙথিনা হৈবা, মিৎয়েং চুম্বা, বাগন্দবা, নিঙ্‌শিংবা ওম্বা, গুরুবু থাজবা, বাহৈ বাত্তাদা হৈশিংবা অমদি থোইদোক হেন্দোক্না ঈশৈ শকপা ওম্বা—মথল তরা অসিদি নাট্য তৌবা মীশিংগী থবায়গী মশক্নি । অসিগুম্বা গুণশিং অলি চেনবা মীবু হোনবী মতুং ইন্না জগোই শাহনগদবনি ।

## কিঙ্কিণী লক্ষণম্

সুস্বরাশ্চ সুরূপাশ্চ সূক্ষ্মা নক্ষত্রদেবতাঃ।
কিঙ্কিণ্যঃ কাংস্যরচিতা একৈকাঙ্গুলিকান্তরম্ ॥২৫॥
বধ্নীয়ান্নীলসূত্রেণ গ্রন্থিভিশ্চ দৃঢ়ং পুনঃ।
শতদ্বয়ং শতংবাপি পাদয়োর্নাট্যকারিণী ॥২৬॥

## প্রার্থনাদিকম.

বিঘ্নেশং মুরজাধিপঞ্চ গগনং স্তুত্বা মহীং প্রার্থয়েৎ
তত্তদ্বাত্তকদম্বকন্তু বিধিনা পুজাবিধামানয়েৎ।
আলপ্যাতিমনোহরান্ বহুবিধান্ (১) সম্পাদ্য ভূয়স্তথা
গুর্ব্বাজ্ঞামবলম্ব্য পাত্রমুচিতং শৃঙ্গারমেবারভেৎ ॥২৭॥

## (২) রঙ্গাধিদেবতাস্তুতিঃ

ভরতকুল-ভাগ্যকলিকে। ভাবরসানন্দ পরিণতাকারে।
জগদেকমোহনকলে। জয় জয় রঙ্গাধিদেবতে। দেবি ॥২৮॥

---

কিঙ্কিণীদি, মখোল হুংশিগনি. মশক ফজহনগনি, থবাম্মীচাক্ম লংগনি অজুগা শেজেংনা শাগনি। মরূ চনি নত্রগা চামবু অমুবা লংনা খুদোল অমমম কায়হনা কিশি কিডুনা লেংলগা জগোই শাবাগী মখোঙদা চেংনা পুনগনি ॥২৫॥

জগোই শাবীনা অহানবদা গণেশ অমসুং মখোলগী মপু আকাশপু খুরুম্নগা পৃথিবীদসু প্রার্থনা তৌগনি। জগোই শাকমদা নৈবা শীজিন্নগদৌরিবা যন্ত্র পুন্নমক অদুবু হৌনবী পূজা কৎকনি অমসুং তিল্লিবা ভাবকশিংদমু নিঙ্খিবা বাহৈনা কৌনা ঙাঙনবা তৌরগা গুরুগী য়াথং লৌহুনা পাত্রনা শৃঙ্গার-রস পোকহনবা জগোয় শাবা হৌগনি ॥২০॥

**রঙ্গাধিদেবতা খুরুম্বা—**

জগোই-ঈশৈ তৌবশিংগী লাইপক নোংদম্বী! ভাব, রসতগী পোকপা হুংঙাইবগী শক্তম পুরিবী। তাইবঙ্পানবদা নৈরিবা মী পুন্নমকপু শুঙ্গংলিবী! রঙ্গাজয়গী মবেম্মা ওইবী হে লাইরেম্বী! নঙ্গী জয় ওইসনু ॥ ৮॥

---

(১) বহুবিধীন্—পাঠ

(২) রঙ্গাধিদেবতা—মসি মাগী মাগী থাজবা মতুংইন্না লাইগী মশকসু থেম্রে। অস্থমদি ওইরগা অকক্পবা লাই থরগী মমিংতমক লৌখৎতুনা নাট্য-শাস্ত্রনা উৎলম্মী। ১-৩ অ; নাঃ শাঃ

## পুষ্পাঞ্জলিঃ

বিঘ্নানাং নাশনং কর্ত্তুং ভূতানাং রক্ষণায় চ।
দেবানাং তুষ্টয়ে চাপি প্রেক্ষকাণাং বিভূতয়ে ॥২৯॥
শ্রেয়সে নায়কস্যাত্র পাত্রসংরক্ষনায়চ।
আচার্য্যশিক্ষাসিদ্ধ্যর্থং পুষ্পাঞ্জলিমথাচরেৎ (১) ॥৩০॥

## নাট্যক্রমঃ

এবংকৃত্বা পূর্ব্বরঙ্গং নৃত্যং কার্য্যং ততঃ পরম্।
নৃত্যং গীতাভিনয়ন ভাবতালযুতং ভবেৎ ॥৩১॥
আস্যেনালম্বয়েদ্ গীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং দর্শয়েদ্ ভাবং পাদাভ্যাং তালমাচরেৎ (২) ॥৩২॥
যতোহস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।
যতোমনস্ততো ভাবো যতো ভাবস্ততো রসঃ ॥৩৩॥

---

মথংদা নৈথায় থিনগায়বা লৈতনবা অমদি থবায় পানবশিংবু ঙাকপি-কন বিনবা, লাইশিংনা পেনখীনবা, ভাবকশিংগী হুংঙাইবা মপুং ফাননবা, সভাপতিগী য়াইফনবা, জগোই শাবিবা মীগীসু অকায় অতোই থোক্তনবা অমদি ওজানা তাকপি তম্বীবা মহৈগী মহৈ য়ানবা ওইননবগীদমক লৈ কৎকনি ॥২৯-৩০॥

জগোইশাবীনা অসুম তৌনা পূর্ব্বরঙ্গগী কৌনবী তৌবা লোইরগা ঈশৈ, অভিনয়, ভাব অমদি তাল য়াওবা জগোই শাগনি ॥৩১॥

চীনবা ঈশৈ শকনি, খুৎনা ইশৈগী অর্থ তাক্কনি, মিৎ অনিনা ভাব ফোংদোক্কনি অদুগা খোঙ অনিনা তাল থমগনি ॥৩২॥

জগোই শাবিবী অদুগী মখুৎনা লৈবা মফমদা ভাবকী মিৎয়েংসু চৎলি, মিৎয়েংফম অদুদা পুক্নিংসু ইরথি। পুক্নিংনা লৈবা ফিরম অদুদা ভাব পোক্লকই অদুগা ভাব পোক্লিবা ফিরম অদুদা মথংদা রস ফাওরকই ॥৩৩॥

---

(১) পুষ্পাঞ্জলি মথারভেৎ—অশোক নাথ।

(২) তালমাদিশেৎ—পাঠ।

তাল—মহাদেবগী তাণ্ডব জগোইগী অহোবা ময়েক 'তা' অদুগা পার্ব্বতীগী 'লাস্য' জগোইগী অহানবা ময়েক 'ল' অনি ভিন্নরগা 'তাল' থোকখি। নাট্য শাস্ত্রনা তাল মথল ৬০ নি হায়।

## অভিনয়ঃ

তত্রাভিনয়স্যৈব প্রাধান্যমিতি কথ্যতে।
আঙ্গিকো বাচিকস্তদ্বদাহার্য্যঃ সাত্ত্বিকোঽপরঃ ॥৩৪॥

## আঙ্গিকাভিনয়ঃ

চতুর্দ্ধাভিনয়স্তত্র আঙ্গিকোঽঙ্গৈর্নিদর্শিতঃ।

## বাচিকাভিনয়ঃ

বাচাবিরচিতঃ কাব্যনাটকাদিষু বাচিকঃ ॥৩৫॥

## আহার্য্যাভিনয়ঃ

আহার্য্যো হারকেয়ূরবেষাদিভিরলঙ্কৃতঃ (১)।

## সাত্ত্বিকাভিনয়ঃ

সাত্ত্বিকঃ সাত্ত্বিকৈর্ভাবস্তজ্ঞেন বিভাবিতঃ ॥৩৬॥

## সাত্ত্বিকাভিনয়স্য প্রকারভেদাঃ

স্তম্ভঃ স্বেদাম্বু রোমাঞ্চঃ স্বরভঙ্গোঽথ বেপথুঃ।

---

অগোই ইশৈদা অভিনয়না অখোইবনি হায়রি। অভিনয় মথল মরিনি মথুনি— আঙ্গিক, বাচিক, আহার্য্য অমসুং সাত্ত্বিক ॥৩৪॥

অভিনয় মরিগী মনুংদা আঙ্গিকাভিনয় হায়বসিদি মায়, মিৎ, অমদি খুৎশা-নচিংবা হকচাংগী শরুক্তা তৌবনু থওনৈ। অদুগা কাব্য, নাটকনচিংবদা বা ভাঙ্বা ঙৈশৈ শকপনচিংবা তৌদুনা উৎপা অভিনয়বুনা 'বাচিকাভিনয়' হায়না কৌই ॥৩৫॥

লীক-কোন অমদি ফিজেৎ লৈতেংনচিংবনা মশক ভাকপবু আহার্য্য অভিনয় কৌই। অদুগা ভাব মুম্বা থওলবা মীনা সাত্ত্বিক ভাব কোংদোকতুনা তৌবা অভিনয়বুনা 'সাত্ত্বিকাভিনয়' হায়না কৌই ॥৩৬॥

---

(১) অলঙ্কৃতিঃ—পাঠ।

রস—অয়েংবা মীগী পুক্নীংদা রতিনচিংবা স্থায়িভাবপু বিভাবনচিংবনা নোয়থোকহনকতুনা পুংজোইবা ফাওহনবনু 'রস' হায়না কৌই। রস মথল মাপন্নি—শৃঙ্গার, বীর, করুণ, অদ্ভুত, হাস্য, ভয়ানক, বীভৎস, রৌদ্র অমসুং শান্ত। কনাগুম্বনা 'বাৎসল্য'বুসু রস ওইনা লৌশিন্দুনা মথল তরা ওই।

বৈবর্ণ্যমশ্রু প্রলয় ইত্যষ্টৌ সাত্ত্বিকাঃ স্মৃতাঃ ।।৩৭।।

## আঙ্গিকাভিনয়স্য প্রকারভেদাঃ

তত্রাঙ্গিকোঽঙ্গপ্রত্যঙ্গোপাঙ্গৈস্ত্রেধা প্রকাশিতঃ ।

## অঙ্গানি

অঙ্গান্যত্রশিরোহস্তৌ বক্ষঃ পার্শ্বৌ কটীতটৌ ।

পাদাবিতি ষড়ঙ্গানি গ্রীবামপ্যপরে জগুঃ ।।৩৮।।

## প্রত্যঙ্গানি

প্রত্যঙ্গান্যথ চ স্কন্ধৌ বাহূ পৃষ্ঠং তথোদরম্ ।

ঊরূ জঙ্ঘে ষডিত্যাহুরপরে মণিবন্ধকৌ ।

জানুনী কূর্পরাবেতৎ ত্রয়মপ্যধিকং জগুঃ ।।৩৯।।

---

সাত্ত্বিকী মতৌদি ঃ—স্তম্ভ - য়ুম্বীগুম্না চপ লেপ্পা ( থবায় পান্দবগুম চপয়ুংবা ), স্বেদ—হমাং শোবা, রোমাঞ্চ—তু-মান চুংবা, স্বরভঙ্গ—খোনকম কায়বা, বেপথু—হকচাং তনিক তনিকপা, বিবর্ণতা—কুচু ওনবা ( তাইবা ) অশ্রু—পি শিংবা, প্রলয়—জ্ঞান মাঙবা ( বাম্বা ) মখল নিপাল অসিনি ।।৩৭।।

আঙ্গিকাভিনয় মখল অহুমনি মতৃদি—অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ অমসুং উপাঙ্গ। কোক, খুৎ অনি, থবাক, নাক অনি, খ্বাঙ নাকল অনি, খোঙ অনি, তরুক অসি 'অঙ্গ'নি। কনাগুম্বনদি গুক অসিসু অঙ্গগী মচুং চল্লি হায় ।।৩৮।।

লেংজুম অনি, পাম্বোম অনি, নমগন, পুক, কৈ অনি, খুকউ অনি তরুক অসিনা 'প্রত্যঙ্গ' নি। খুজেং অনি, খুবোম অনি, খুনিঙ অনি ( খুৎকী ) অহুম অসিবুস্থু কনা কনাগুম্বা লাইরিক লেংবশিংনা 'প্রত্যঙ্গ' গী মচুং চল্লি হায় ।।৩৯।।

---

স্তম্ভ—হবাউবা, অঙকপা, অশাউবা, অকিবা, অনাবা ( লায়না ) মবমশিং অসিদগী থোকই। স্বেদ—অশাউবা, হরাউবা, অকিবা, থবক তৌবদা রাবা, মৈশা লাংবা, শাজেন তৌবা, ওৎপা লৈবা থাওবা মরমশিং অসিদগী পোকই। রোমাঞ্চ—অইঙবা, অকিবা, হরাউবা, অশাউবা, অনাবা অসিদগী পোকই। স্বরভঙ্গ—ঙাওবা শাউবা, হরাউবা, নাবা, অকিবা, ইকাইবা অমদি তৌবীমল উৎপদগী পোকই। বেপথু—হেন্না নোম্বা, নাবা, শাউবা, ইঙবা, অকিবা অসিদগী পোকই। বিবর্ণতা—নাবা, পুক্কিঙ রাবা, মৈশা লাংবা, ইঙবা, অকিবা, হরাউবা অসিদগী পোকই। অশ্রু—রাবা, শাউবা, হুংঙাইবা, নাবা অসিদগী পোকই। প্রলয়—হেন্না নোম্বা, হকচিন্না রাবা, হেন্না তুম্বা অসিনচিংবদগী পোকই।

## উপাঙ্গানি

গ্রীবা স্যাদপ্যুপাঙ্গন্তু স্কন্ধ এব অগুর্বধাঃ।
দৃষ্টি-ভ্রূ-পুটতারাশ্চ কপোলৌ নাসিকে হনূ।৪০॥
অধরো দশনা জিহ্বা চিবুকং বদনং তথা।
উপাঙ্গানি দ্বাদশৈব শিরস্যঙ্গান্তরেষু চ ॥৪১॥
পার্ষ্ণিগুল্ফৌ তথাঙ্গুল্যঃ করয়োঃ পাদয়োস্তলে।
এতানি পূর্ব্বশাস্ত্রানুসারেণোক্তানি বৈ ময়া ॥৪২॥
নৃত্যমাত্রোপযোগীনি কথ্যন্তে লক্ষণৈঃ ক্রমাৎ।
অঙ্গানাং চলনাদেব প্রত্যঙ্গোপাঙ্গয়োরপি।
চলনং প্রভবেত্তস্মাৎ সর্ব্বেষাং নাত্র লক্ষণম্ ॥৪৩॥

## শিরোভেদাঃ

সমমুদ্বাহিতমধোমুখমালোলিতং ধুতম্।
কম্পিতঞ্চ পরাবৃত্তমুৎক্ষিপ্তং পরিবাহিতম্।
নবধা কথিতং শীর্ষং নাট্যশাস্ত্রবিশারদৈঃ ॥৪৪॥

## সমশিরঃ

নিশ্চলং সমমাখ্যাতং যন্নত্যুন্নতিবর্জ্জিতম্।

---

উপাঙ্গ—ঙকশম অসি উপাঙ্গনি অদুব্ অতোপ্পা পণ্ডিতশিংনদি 'লৈংজুম্ উপাঙ্গনি হায়। মিৎ, পীশূম, পা. মিৎনহা, খজাই অনি, নাতোন, চায়রুং, চীনবান, য়া, লৈ, খদাঙ অমসুং মায়। তয়ানিথোই অসি উপাঙ্গনি। অঙ্গগী উপাঙ্গ অতৈ্দি খোঙগী খুনিঙ, খুজেং (খোঙগী) খুৎচা খোঙআশিং, খুবাক অনি, খোঙ-খুয়া অনি মখোয় অসিমুনি। মসি ঐনা অরিবা শাস্ত্রগী মত মতুং ইয়া হায়বান। অঙ্গোইতদা শীজিন্নগদবা মওঙশিং অদু মথং মথং হায়রক্কে। অঙ্গ (হকচাং) গী লেঙবা ওৎপদা প্রত্যঙ্গ (কায়াৎ) শিংসু অদুম্বক লোয়নয়কপনা মখোয় অদুগী লক্ষণদি মসিদা হায়রে ॥৪০—৪৩॥

নাট্য শাস্ত্র হৈবা পণ্ডিতশিংনা কোক্কী মওঙ মাপন শুই হায় মদুদি—সম, উদ্বাহিত, অধোমুখ, আলোলিত, ধুত, কম্পিত, পরাবৃত্ত, উৎক্ষিপ্ত অমসুং পরিবাহিত ॥৪৪॥

## বিনিয়োগঃ

নৃত্যারম্ভে জপাদৌ চ গর্ব্বে প্রণয়কোপয়োঃ।
স্তম্ভনে নিষ্ক্রিয়ত্বে চ সমশীর্ষমুদাহৃতম্ ॥৪৫॥

## উদ্বাহিতশিরঃ

উদ্বাহিতশিরো জ্ঞেয়মূর্দ্ধভাগোন্নতাননম্।

## বিনিয়োগঃ

ধ্বজে চন্দ্রে চ গগনে পর্ব্বতে ব্যোমগামিষু।
তুঙ্গবস্তুনি সংযোজ্যমুদ্বাহিতশিরো বুধৈঃ ॥৪৬॥

## অধোমুখশিরঃ

অধস্তান্নমিতং বক্ত্রমধোমুখমিতীরিতম্ ॥

## বিনিয়োগঃ

লজ্জাখেদপ্রণামেষু দুশ্চিন্তামূর্চ্ছয়োস্তথা।
অধঃস্থিতার্থনির্দ্দেশে যুজ্যতেঽম্বুনি মজ্জনে ॥৪৭॥

## আলোলিতশিরঃ

মণ্ডলাকারমুদ্ভ্রান্তমালোলিতং শিরো ভবেৎ।

---

মোহবস্থ নত্তবা হায়গৎপস্থ নত্তবা লেঙদনা লৈবা কোকপু 'সম' হায়না কৌই। জগোই হৌরমদাইদা, জপ তৌবদা, ধ্যান তৌবনচিংবদা, নাপল কোং-দোকপদা, নু'শিবা অমদি শাউবদা, চঙক্লবা মতমদা অমসুং থবক তৌদবা মতমদা হায়রিবা 'সমশীর্ষ' অসি শীজিন্নৈ ॥৪৫॥

মথকলোমদা মায় কাইগৎপবু 'উদ্বাহিতশির' হায়না কৌই। কীয়ান, থা, আতিয়া, চীং, আতিয়াদা পাইবা পোৎ, অৱাংবদা লৈবা পোৎ য়েংবা অমদি উবা মতমদা 'উদ্বাহিতশির' অসি শীজিন্নগনি হায়না পণ্ডিতশিংনা হায় ॥৪৬॥

মায় মখা ওইহনবদি মদুবু 'অধোমুখ' হায়না কৌই। ইকাইবদা, ওইনবদা, খুরুমজবদা, থবায় নুংঙাইতবদা, মূর্চ্ছা (জ্ঞান মাঙবা) ওইবদা, মখাদা লৈবা পোৎ য়েংবদা অমদি ঈশিংদা লুপথবা মতমদা মসি শীজিন্নৈ ॥৪৭॥

## বিনিয়োগঃ

নিদ্রোদ্বেগগ্রহাবেশমদ-মূর্চ্ছাসু তথৈব চ।
ভ্রমণে বিকটোদ্দামহাস্যে চালোলিতং শিরঃ ॥৪৮॥

## ধুতশিরঃ

বামদক্ষিণভাগেষু চলিতং তদ্ধুতং শিরঃ।

## বিনিয়োগঃ

নাস্তীতিবচনে ভূয়ঃ পার্শ্বদেশাবলোকনে। ৪৯।
(১) অনাশ্বাসে বিস্ময়ে চ বিষাদেঽনীপ্সিতে তথা।
শীতার্ত্তে জ্বরিতে ভীতে সদ্যঃ পীতাসবে তথা ॥৫০॥
যুদ্ধে যত্ন নিষেধাদাবমর্ষে স্বাঙ্গবীক্ষনে।
(২) পার্শ্বাহ্বানে চ তস্যোক্তঃ প্রয়োগো ভরতাদিভিঃ ॥৫১॥

---

কোয়না লৈবা কোকপু 'আলোলিত শির' হায়না কৌই। তুম্বদা, সুংনাঙবা নত্রগা লাঙতক্রবদা, গ্রহ অমনা তোংলবদা ( গ্রহনা চাবা ), ঙাওরবদা, জান মাঙবদা, কোয়না চংপদা, হৌনা লাউনা নোকপদা হায়রিবা আলোলিত শির অসি তৌগদবনি ॥৪৮॥

নাক য়েং অনিমক্তা নিকপা কোকপু 'ধুতশির' হায়না কৌই। "নৈত্তে" হায়বা বাহৈ অসি হায়বা মতমদা, নাকল অমদা করিগুম্বা পোৎ অমা য়েংলা য়েংলা উবদা, মীবু থাজহনবদা ( মত অমদা অনাশ্বাসে—থাজদবদা ), অঙকপদা, থবায় য়াবদা, অমাঙবা থোক্লবদা, ঈংমনবনা বায়বদা, অকৃম হৌবদা, কিরবদা, নৌনা মঙ্গাইকাবা পোৎ ( য়ু ) থকলুবদা, শা-লান্দা, লূনা তৌবা উৎপদা, থাম্বদা, শাউ-রক্লবদা, মশানা মশাবু য়েংজবদা, কনাগুম্বনা নাকন্দগী কৌরক্লবদা মসি শিজিন্ন-দবনি হায়না ভরতনচিংবা মুনিশিংনা হায়রম্মী ॥৪৯-৫১॥

---

(১) অনাশ্বাসে—অঃ দাঃ (২) পার্শ্বহ্বানে—অঃ দাঃ

## কম্পিতশিরঃ

ঊর্দ্ধাধোভাগচলিতং তচ্ছিরঃ কম্পিতং ভবেৎ।

## বিনিয়োগঃ

রোষে তিষ্ঠেতি বচনে প্রশ্নে সংখ্যোপাহ্বয়োঃ।

আবাহনে তর্জ্জনে চ কম্পিতং বিনিযুজ্যতে ॥৫২॥

## পরাবৃত্তশিরঃ

পরাঙ্মুখীকৃতং শীর্ষং পরাবৃত্তমিতীরিতম্।

## বিনিয়োগঃ

তৎকার্য্যং কোপলজ্জাদিকৃতে বক্ত্রাপসারণে।

অনাদরে কচে তূণ্যাং পরাবৃত্তশিরো ভবেৎ ॥৫৩॥

## উৎক্ষিপ্তশিরঃ

পার্শ্বোর্দ্ধভাগচলিতমুৎক্ষিপ্তং কথ্যতে শিরঃ।

## বিনিয়োগঃ

গৃহাণাগচ্ছেত্যাদ্যর্থসূচনে পরিপোষণে।

অঙ্গীকারে প্রযোক্তব্যমুৎক্ষিপ্তং নাম শীর্ষকম্ ॥৫৪॥

---

থক-খা অনিমক্তা হাইবা কোকপু 'কম্পিতশির' হায়না কৌই। শাউবদা, 'অচুম নৈদ্রু' হায়বদা, হংবদা, মশীং থীবা অমদি কৌবা অমসুং মী ওকপা মতমদা, চৈবা থাংবা মতমদা মসি শীজিন্নগনি ॥৫২॥

তুংদা মায় নৈথোকতুনা য়েংলবদি মচুদা ওইবা কোক অদুবু 'পরাবৃত্তশির' হায়না কৌই। অশাউবা নত্রগা ইকাইবনা মায় নৈথোক্লবদি নত্রগা কনাগুম্বনু মখক য়েংনিঙদবা নত্রগা থোশাদবা উৎলবদি, নত্রগা শম নত্রগা তেন্দোংদা য়েংবা তারবদি 'পরাবৃত্তশির' অসি তৌগনি ॥৫৩॥

ওয় নত্রগা য়েৎলোমদা অমদি মথকলোমদা কোক হাইগৎপবু (থপ্প) 'উৎক্ষিপ্তশির' কৌই (মসি খদাঙ হাইগৎপবু হায়বনি)। 'লৌ' 'লাউ' অসিন-চিংবা থঙহনবদা, কনাগুম্বনু য়োকপা থাকপা তৌবদা, অমদি কয়িগুম্বা অমদা য়াবা উৎপদা 'উৎক্ষিপ্তশির' হায়বসি শীজিন্নগনি ॥৫৪॥

## পরিবাহিতশিরঃ

পার্শ্বয়োশ্চামরমিব ভঙ্গং চেৎ পরিবাহিতম্।

## বিনিয়োগঃ

মোহে চ বিরহে স্তোত্রে সন্তোষে চানুমোদনে।

বিচারে চ প্রয়োক্তব্যং পরিবাহিত—শীর্ষকম্ ॥৫৫॥

## দৃষ্টিভেদাঃ

সমালোকিতং সাচী প্রলোকিত-নিমীলিতে।

উল্লোকিতানুবৃত্তে চ তথা চৈবাবলোকিতম্।

ইত্যষ্টৌ দৃষ্টিভেদাঃ স্যুঃ কীর্ত্তিতাঃ পূর্ব্বসূরিভিঃ ॥৫৬॥

## সমদৃষ্টিঃ

বীক্ষণং সুরনারীবৎ সমানং (১) সমবীক্ষণম্।

## বিনিয়োগঃ

নাট্যারম্ভে তুলায়াং চাপ্যঙ্গ (২) চিন্তাবিনিশ্চয়ে।

আশ্চর্য্য দেবতারূপে সমদৃষ্টিরুদাহৃতা ॥৫৭॥

---

নাক—য়েংতা চামরগুম্না হাউবা কোকপু 'পরিবাহিত' হায়না কৌই। শুঙ্কৎপা, থাইনবা, স্তব তৌবা, অপেনবা, করিগুম্বা অমদা য়াবা উৎপা অমদি বিচার তৌবা মতমদা 'পরিবাহিত শির' হায়বসি ওইগনি ॥৫৫॥

থায়নগী পণ্ডিতশিংনা মিংয়েং মথল নিপাল শুই হায় মতুদি —সম, আলোকিত, সাচী, প্রলোকিত, নিমীলিত, উল্লোকিত, অনুবৃত অমসুং অবলোকিত ॥৫৬॥

লাইনুপীনা তৌবগুম ইতিং তিংনা য়েংবা মিৎয়েংবু 'সমদৃষ্টি' কৌই। নাট্য হৌরমদাইদা, থল ওনবদা, করিগুম্বা হীরম অমা থনবা লোইরকপদা, অঙকপদা, লাইগী মশক য়েংবদা সমদৃষ্টি ওইগনি ॥৫৭॥

---

কায় কান্নবা মতাংদা ওয় অমসুং য়েৎলোমদা হাইরবদি মতুগুম্বা কোক অদুবু 'পরিবাহিতশির' হায়না কৌই। সাধন তৌবা, ঙকপা, হবাউবা, শাউদবা, বিচার, নিঙাশংবা, লোৎপা থুম্না, লীলানচিংবদা মসি শিজিন্নৈ, নাট্যশাস্ত্র ৮ অঃ ২৭-২৮ শ্লোক। সঙ্গীত রত্নাকর ৭ অঃ দা হায়রবদি কোয়না মায়কৈ মরিমক্তা লৈবা কোক অদুবু 'পরিবাহিত' কৌই হায়। মরম অদুনা মতাং অসিগীসু থওলে মতুদি শাস্ত্রশিংগী মতসু মাত্ররমত্রিবসি মাগী মাগী চৎনবীনা মরম ওইনখিবনি।

(১) সানন্দং

(২) তুলায়াঞ্চাপ্যঙ্গচিন্তাবিনিশ্চয়ে—থল ওনবদা, অতোপগী মাথল লেপ্পনা য়োৎনবদা —অঃ নাঃ শাঃ।

## আলোকিতদৃষ্টিঃ

আলোকিতং ভবেদাশুভ্রমণং স্ফুটীকৃতম্। (১)

## বিনিয়োগঃ

কুলালচক্রভ্রমণে সর্ব্ববস্তু প্রদর্শনে।
যাত্রায়াঞ্চ প্রয়োক্তব্যমালোকিতনিরীক্ষণম্ ॥৫৮॥

## সাচীদৃষ্টিঃ

স্বস্থানে তির্য্যগাকারমপাঙ্গচলনং ক্রমাৎ।
সাচীদৃষ্টিরিতি জ্ঞেয়া নাট্যশাস্ত্রবিশারদৈঃ ॥৫৯॥

## বিনিয়োগঃ

ইঙ্গিতে শ্মশ্রুসংস্পর্শে শরলক্ষ্যে শুকেস্মৃতৌ।
সূচনায়াঞ্চ কার্য্যাণাং নাট্যে সাচীনিরীক্ষণম্ ॥৬০॥

## প্রলোকিতদৃষ্টিঃ

প্রলোকিতং পরিজ্ঞেয়ং চলনং পার্শ্বভাগয়োঃ।

---

মায় লৈথোক্‌না শেংনা য়েংববু 'আলোকিত' হায়না কৌই। চক্ষু শাক্না চক্রলৈব মতমদা, করিগুম্বা পোৎ অমা উৎপদা অমদি লাইশোন তিনশোল নত্রগা হায়জ চৎচা মতমদা 'আলোকিত' কৌবা মিৎয়েং অসি শীজিন্নগনি ॥৫৮॥

মায়দি ওন্থোক্তনা অথোয়বা মিৎয়েংদা মিৎচিনা লৈজনা য়েংববু 'সাচীদৃষ্টি' কৌই। মসি নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা খঙগদবনি ॥৫৯॥

ইঙ্গিত তৌবা, খদাঙ কোই মানবা, তেনগী সন্ধান তৌকমদা লৈবা তেন-বা উবা, নিঙশিংবা অমসুং করিগুম্বা থবক অমগী হৌগৎলকপা অলিনচিংবদা নাট্যদা সাচীদৃষ্টি শীজিন্নগনি ॥৬০॥

ওয়দা অমম্বুং য়েংকী নাকন্দা মিৎ হঙ্গৎ হন্দা য়েংববু 'প্রলোকিতদৃষ্টি' হায়না

---

(১) আলোকিতং ভবেদাশুভ্রমণং স্ফুটবীক্ষণম্। অঃ শাঃ
মিৎ লাওথোক্ত না য়েংবা অমম্বুং থুনা থুনা লৈবা মিৎয়েংবু 'আলোকিত' কৌই।

### বিনিয়োগঃ

উভয়োঃ পার্শ্বয়োর্বস্তুদর্শনে চ প্রশংসিতে। (১)
চলনে বুদ্ধিজাড্যে চ প্রলোকিতনিরীক্ষণম্ ॥৬১॥

### মীলিতদৃষ্টি

দৃষ্ট্যোরর্দ্ধবিকাশেন মীলিতা দৃষ্টিরীরিতা। (২)

### বিনিয়োগঃ

আশীবিষে পারবশ্যে জপে ধ্যানে নমস্কৃতৌ।
উন্মাদে সূক্ষ্মদৃষ্টৌ চ মীলিতা দৃষ্টিরীরিতা ॥৬২॥

### উল্লোকিতদৃষ্টিঃ

উল্লোকিতমিতি জ্ঞেয়মূর্দ্ধভাগে বিলোকনম্।

### বিনিয়োগঃ

ধ্বজাগ্রে গোপুরে দেবমণ্ডলে পূর্ব্বজন্মনি।
ঔন্নত্যে চন্দ্রিকাদাবপ্যুল্লোকিতনিরীক্ষণম্ ॥৬৩॥

### অনুবৃত্তদৃষ্টিঃ

ঊর্দ্ধাধো বীক্ষণং বেগাদনুবৃত্তমিতারিতম্।

---

কৌই। নাকয়েৎতা লৈবা পোৎ য়েংবদা, থাগৎপদা, চৎপদা নত্রগা বুদ্ধি থোক্তবা মতমদা 'প্রলোকিত' হায়বা মিৎয়েং অসি ওইগদবনি ॥৬১॥

মিৎ অনিমক্না তংথায় পাওলবদি মদুবু 'মীলিতদৃষ্টি' হায়না কৌই। লিন উবা, মীথা পোনবা, জপ অমদি ধ্যান তৌবা, খুরুম্বা, ঙাওবা, অকুপ্পা পোৎ য়েংবা অসিনচিংবদা 'মীলিতদৃষ্টি' ওই ॥৬২॥

মথক্তা য়েংথংপা মিৎয়েংবু 'উল্লোকিতদৃষ্টি' হায়না কৌই। ফীরান মতোন, লহয়গী চঙকম হোজঙ-থোঙ, লাইয়্রেবাক, হান্নগী মপোক, চাওথংপা অমদি থোক্লিবা থানচিংবা য়েংবদা হায়রিবা 'উল্লোকিত' হায়বা মিৎয়েং অসিনা য়েংগনি ॥৬৩॥

থক-থা-দা কিংনা য়েংবা মিৎয়েংবু 'অনুবৃত্তদৃষ্টি' হায়না কৌই। অশাউবা

---

(১) উভয়োঃ পার্শ্বয়োর্বস্তুনির্দ্দেশে চ প্রসঞ্জিতে—অঃ শাঃ

শাকম অনিমক্তা লৈবা পোৎ উৎচুবা তাকপদা, অনুরাগ ফোংদোকপা থওহনবদা..........।

(২) দৃষ্টেরর্দ্ধবিকাশেন—অঃ শাঃ

## বিনিয়োগঃ

কোপদৃষ্টৌ প্রিয়ামগ্রে অনুবৃত্ত নিরীক্ষণম্ ।।৬৪।।

## অবলোকিতদৃষ্টিঃ

অধস্তাদ্দর্শনং যত্তদবলোকিতমুচ্যতে ।

## বিনিয়োগঃ

ছায়ালোকে বিচারে চ চর্য্যায়াং (১) পঠনশ্রমে ।

স্বাঙ্গাবলোকনে যানেঽপ্যবলোকিতমুচ্যতে ।।৬৫

## গ্রীবাভেদাঃ

সুন্দরী চ তিরশ্চীনা তথৈব পরিবর্ত্তিতা ।

প্রকম্পিত' চ ভাবজ্ঞৈর্জ্ঞেয়া গ্রীবা চতুর্ব্বিধা ।।৬৬।।

## সুন্দরী গ্রীবাঃ

তির্য্যক্ চঞ্চলিতা গ্রীবা সুন্দরীতি নিগদ্যতে ।

## বিনিয়োগঃ

স্নেহারম্ভে তথা যত্নে সম্যগর্থে চ বিস্তৃতে ।

সরসত্বানুমোদে চ সা গ্রীবা সুন্দরী মতা ।।৬৭।।

---

মিৎয়েংদা অমদি চায়বীনা কৌশিল্লকুবা মতমদা 'অনুবৃত্ত' হায়বা মিৎয়েং অসি শীজিন্নগনি ।।৬৪।।

খা-দা য়েংথবা মিৎয়েংবু 'অবলোকিতদৃষ্টি' হায়না কৌই। ইশাগী ইমি নত্রগা করিগুম্বগী মমি উবদা, বাথল থনবদা, গুন্দা লাইরিক তম্লিংদা, ইশানা ইশাবু য়েংজবদা, দোলাই তোংলমদাইদা 'অবলোকিত' হয়াবা মিৎয়েং অসিনা য়েংগনি ।।৬৫।।

ভাব খঙবশিংনা 'গ্রীবা' (ভকথেক) মখল মরি ওই হায়না খঙগনি মথুদি— সুন্দরী, তিরশ্চীনা, পরিবর্ত্তিতা অমসুং প্রকম্পিতা ।।৬৬।।

খোয়না (কেনা) চৎপা ভকপু 'সুন্দরীগ্রীবা' হায়না কৌই। নুংশিবা কোংদোকপদা, নুনা চায়া তৌবদা, ওইকম থোকপা অর্থ তৌবদা অমদি মদুগু শন্দোকপদা অমসুং রসকা লোয়ননা অনুমোদন তৌবা মতমদা সুন্দরী গ্রীবা হায়বত্থ শিজিন্নগনি ।।৬৭।।

---

(১) চর্চ্চায়াং—চর্চ্চা তৌবদা, নৈনবদা—অঃ শাঃ

## তিরশ্চীনা গ্রীবা

(১) পার্শ্বয়োরূর্দ্ধভাগে তু চলিতা সর্পযানবৎ।
সা গ্রীবা তু তিরশ্চীনেত্যুচ্যতে নাট্যকোবিদৈঃ।

## বিনিয়োগঃ

খড়্গভ্রমে সর্পগত্যাং তিরশ্চীনা প্রযুজ্যতে ॥৬৮॥

## পরিবর্ত্তিতা গ্রীবা

সব্যাপসব্যচলিতা গ্রীবা যত্রার্দ্ধচন্দ্রবৎ।
সা হি নাট্যকলাভিজ্ঞৈর্বিজ্ঞেয়া পরিবর্ত্তিতা ॥৬৯॥

## বিনিয়োগঃ

শৃঙ্গারনটনে কান্তাকপোলদ্বয় চুম্বনে।
নাট্য তন্ত্র বিচারজ্ঞৈঃ প্রযোজ্যা পরিবর্ত্তিতা ॥৭০॥

## প্রকম্পিতা গ্রীবা

পুরঃ পশ্চাৎ প্রচলনাৎ কপোতীকণ্ঠ-কম্পবৎ।
প্রকম্পিতেতি সা গ্রীবা নাট্য-শাস্ত্রে প্রশস্যতে ॥৭১॥

---

নাকল অনিদা অমসুং মথকলোমদা চৎপা গুক অদুবু নাট্য শাস্ত্র হৈবা মীশিংনা 'তিরশ্চীনাগ্রীবা' হায়না কৌনৈ। খাঙ হাইবদা, লিনগী শাজংশু 'তিরশ্চীনা' অসি শিজিন্নগনি ॥৬৮॥

নাক-য়েংশা থা মচেৎ শানা চৎপা গুকপু নাট্য-কলা হৈবশিংনা 'পরিবর্ত্তিতা গ্রীবা' হায়না কৌই।

শৃঙ্গার কোংদোকপা অপোইদা অমদি চায়বীগী খবাই অনি চুম্বদা নাট্য-শাস্ত্র খঙবশিংনা 'পরিবর্ত্তিতা গ্রীবা' অসি শীজিন্নগনি ॥৭০॥

মুক্ত-অমোমগী মঙক নোয়বগুম্বা মাঙ অমসুং তুংদা চৎপা গুকপু 'প্রকম্পিতা গ্রীবা' কৌই হায়না নাট্য-শাস্ত্রদা শীংথানৈ ॥৭১॥

---

(১) পার্শ্বয়োরূর্দ্ধভাগে চ চলিতা—পাঠান্তর

## বিনিয়োগঃ

যুষ্মদস্মন্মুখে (১) বাক্যে দেশিনাট্যে বিশেষতঃ।
দোলায়াং গণিতে চৈব প্রয়োক্তব্যা প্রকম্পিতা ॥৭২॥

## হস্তভেদাঃ

অথেদানীন্তু হস্তানাং লক্ষণং প্রোচ্যতে ময়া।
অসংযুতাঃ সংযুতাশ্চ হস্তা ভেদা (২) নিরূপিতাঃ।
তত্রাসংযুক্তহস্তানামাদৌ লক্ষণমুচ্যতে ॥৭৩॥

## অসংযুত হস্তাঃ

পতাকস্ত্রিপতাকোঽর্দ্ধপতাকঃ কর্ত্তরীমুখঃ।
ময়ূরাখ্যোঽর্দ্ধচন্দ্রশ্চ অরালঃ শুকতুণ্ডকঃ ॥৭৪॥
মুষ্টিশ্চ শিখরাখ্যশ্চ কপিত্থঃ কটকামুখঃ।
সূচী চন্দ্রকলা পদ্মকোশঃ সর্পশিরস্তথা ॥৭৫॥
মৃগশীর্ষঃ সিংহমুখঃ কাঙ্গুলশ্চালপদ্মকঃ।
চতুরো ভ্রমরশ্চৈব হংসাস্যো হংসপক্ষকঃ ॥৭৬॥
সন্দংশো মুকুলশ্চৈব তাম্রচূড়স্ত্রিশূলকঃ।
ইত্যসংযুক্তহস্তানামষ্টাবিংশতিরীরিতা ॥৭৭॥

---

'নঙ-ঐ' হায়বা বাহৈ অসি হায়বদা থোইদোক্নদি দেশী-নাট্য তৌবা মতমদা, দোলাই তোংবদা অমদি লোয়া মুংশি বাখি শাবদা (মত অমদা 'গণিতে'—মশীং থীবদা) 'প্রকম্পিতাগ্রীবা' অসি শীজিন্নগনি ॥৭২॥

মথংদা হৌজিক ঐনা খুৎকী (হস্তক) লক্ষণ ময়াম হায়রকে। হস্তক মখল অনিনি মতুদি 'অসংযুত' (তিন্নবা) অমসুং 'সংযুত' (তিন্নবা)। অহানবদা 'অসংযুত' হস্তগী লক্ষণ হায়রি ॥৭৩॥

সংযুতগী মখল—পতাক, ত্রিপতাক, অর্দ্ধপতাক, কর্ত্তরীমুখ, ময়ূর, অর্দ্ধচন্দ্র, অরাল, শুকতুণ্ডক, মুষ্টি, শিখর, কপিথ, কটকামুখ, সূচী, চন্দ্রকলা, পদ্মকোশ, সর্পশির, মৃগশীর্ষ, সিংহমুখ, কাঙ্গুল, অলপদ্মক, চতুর, ভ্রমর, হংসাস্য, হংসপক্ষ, সন্দংশ, মুকুল, তাম্রচূড়, অমসুং ত্রিশূল—২৮ অসি 'অংসযুত' হস্তগী মখলনি ॥
৭৪-৭৭॥

---

(১) যুষ্মদস্মদিতি প্রোক্ত—'নঙ অমসুং ঐ' হায়বসি কোংদোকপদা
(২) হস্তভেদা—অঃ শাঃ

## পতাক হস্তঃ

অঙ্গুল্যঃ কুঞ্চিতাঙ্গুষ্ঠঃ সংশ্লিষ্টাঃ প্রসৃতা যদি ।
স পতাককরঃ প্রোক্তো নৃত্যকর্ম্মবিশারদৈঃ ॥৭৮॥

## বিনিয়োগঃ

নাট্যারম্ভে বারিবাহে বনে বস্তুনিষেধনে ।
কুচস্থলে নিশায়াঞ্চ নদ্যামমরমণ্ডলে ॥৭৯॥
তুরঙ্গে খণ্ডনে বায়ৌ শয়নে গমনোদ্যমে ।
প্রতাপে চ প্রসাদে চ চন্দ্রিকায়াং ঘনাতপে ॥৮০॥
কবাটপাটনে সপ্তবিভক্ত্যর্থে তরঙ্গকে ।
(১) বীথী প্রবেশভাবেঽপি সমত্বে চাঙ্গরাগকে ॥৮১॥
আত্মার্থে শপথে চাপি তূষ্ণীম্ভাবনিদর্শনে ।
তালপত্রে চ খেটে চ দ্রব্যাদিস্পর্শনে তথা ॥৮২॥
আশীর্ব্বাদক্রিয়ায়াঞ্চ নৃপশ্রেষ্ঠস্য ভাবনে ।
তত্র তত্রেতি বচনে সিন্ধৌ চ (২) সুকৃতিক্রমে ॥৮৩॥

---

পতাক—অগোই হৈবশিংনা হায় খুৎপীনা কোনশিল্লগা খুৎচা মরিনা নপ্পনা তিংথোকতুনা লৈরবদি মদুবু 'পতাক-হস্ত' হায়না কৌই ॥৭৮॥

শীজিন্নকম—নাট্য হৌবা, ঈরোইবা, বন চৎপা, করিগুম্বা হিরম অমবু থাম্বা, থীক-খা শোকপা, অহিং ভুরেন কুম্বা, লাই খুরুম্বা, শগোল তোংবা, ককথৎপা, মুংশিং হুম্বা, কমুংদা হিপ্পা, চৎকে তৌবা, মতিক মঙল উৎপা, পেনবা মুংঙাইবা কোংদোকপা, থাবল মঙাল চঙবা, অয়াকপা মুংশা মঙাল তাবা, থোঙ থুদেকপা, বিভক্তিতরেৎ খণ্ডনবা, ঈথক, লন্থী চঙশিনবা, মান্নবা কোংদোকপা, হকচাংদা অচু-মমেন তৈতুনা কেবগী থবক, মশাগী আত্মা তাকপা, বাশকপা, তুমিন লৈবা (বাঙাণ্ডদবা), কোনা-মনা, থাঙ্গৎপা, চৈঙু পায়বা করিগুম্বা পোৎচ-নচিংবা শোকপা, আশীর্ব্বাদ তৌবা, নিংথৌরেনগী বাখল খনবা, অহু অদুগুম্বা মফমদা হায়বদা, সমুদ্র শোকপা, পূণ্যগী থবক তাকপা, কৌবা, মাঙ থাগৎপা ভাকপা।

---

(১) বিধি—পাঠান্তর।
(২) সিদ্ধৌতু—পাঠ।

সম্বোধনে পুরোগেঽপি খড়্গরূপস্য ধারণে।
মাসে সংবৎসরে বর্ষদিনে সম্মার্জনে তথা।
এবমর্থেষু যুজ্যন্তে পতাকহস্ত ভাবনাঃ ॥৮৪॥

## ত্রিপতাকহস্তঃ

স এব ত্রিপতাকঃ স্যাদ্বক্রিতানামিকাঙ্গুলিঃ ॥

## বিনিয়োগঃ

মুকুটে বৃক্ষভাবেষু বজ্রে তদ্ধরবাসবে।
কেতকীকুসুমে দীপে বহ্নিজ্বালাবিজৃম্ভণে ॥৮৫॥
কপোতে পত্রলেখায়াং বাণার্থে পরিবর্তনে।
যুজ্যতে ত্রিপতাকোঽয়ং কথিতো ভরতোত্তমৈঃ ॥৮৬॥

## অর্দ্ধপতাকহস্তঃ

ত্রিপতাকে কনিষ্ঠা চেদ্ বক্রিতার্দ্ধপতাকিকা।

## বিনিয়োগঃ

পল্লবে ফলকে তীরে উভয়োরিতি দর্শনে। ৮৭॥

---

থাঙশাংগী মশক তাকপা, থা, চহি, অমদি নোং চুবা নুমিৎ তাকপা অমসুং বাই তৈথোকপা—অসিগুম্বা হিরমশিং অসি খঙহনবদা পতাকহস্তবু নিঙশিংগদবনি ॥৭৯-৮৪॥

ত্রিপতাকহস্ত—খুৎনিঙথৌ কোনশিল্লগা খুৎচা অতৈনা তিংথোক্লা লৈববু 'ত্রিপতাকহস্ত' হায়না কৌই। মুকুট (লুহুপ), উপাল, বজ্র, মহুপায়বা ইন্দ্র, কেতকী, থাউমৈ, মৈঙাল হেনগৎপা, খুমুগী মওঙ্ তাকপা, চিঠি ইবা, তেনগী মওঙ্ উৎপা অমসুং মশক হোংলকপা খঙহনবা—হিরমশিং অসিদা ত্রিপতাক হায়না কৌবা হস্তক অসি শীজিন্নগদবনি হায়না ভরোইগী ময়ম হেল্লা খঙবা মীশিংনা হায় ॥৮৫-৮৬॥

অর্দ্ধপতাকাহস্ত—ত্রিপতাকহস্তগী মওঙদা খুৎনাউবীমু কোনশিল্লবদি মদুবু 'অর্দ্ধপতাকহস্ত' হায়না কৌই। উরী, উনা তাকপা, তেননা-তেনথোক উৎপা, অমদি তেন অনিগী পোৎলম উৎপদা, হোয়ায়, ছুরি, কীয়ান, সনথোঙ্ নম্বগা

ক্রকচে ছুরিকায়াঞ্চ ধ্বজে গোপুর শৃঙ্গয়োঃ।
যুজ্যতেঽর্দ্ধপতাকোঽয়ং তত্তৎকর্মপ্রয়োগকে ।।৮৮।।

## কর্ত্তরীমুখহস্তঃ

অস্যৈব চাপি হস্তস্য তর্জ্জনী চ কনিষ্ঠিকা।
বহিঃ প্রসারিতে দ্বে চ স করঃ কর্ত্তরীমুখঃ ।।৮৯।।

## বিনিয়োগঃ

স্ত্রীপুংসয়োস্তু বিশ্লেষে বিপর্য্যাসপদেঽপিবা।
লুণ্ঠনে নয়নান্তে চ মরণে ভেদভাবনে ।।৯০।।
বিদ্যুদর্থেঽপ্যেকশয্যাবিরহে পতনে তথা।
লতায়াং যুজ্যতে যস্তু স করঃ কর্ত্তরীমুখঃ ।।৯১।।

## ময়ূরহস্তঃ

অস্মিন্ননামিকাঙ্গুষ্ঠৌ শ্লিষ্টৌ চান্যাঃ প্রসারিতাঃ।
ময়ূরহস্তঃ কথিতঃ করটীকাবিচক্ষণৈঃ ।।৯২।।

---

সহরগী চঙ্কম হোজঙ-থোঙ্, শাগী মচি অসিনচিংবা তাক্না তৌবা থবক্তা 'অর্দ্ধপতাক' হস্ত অসি শীজিন্নগনি ।।৮৭-৮৮।।

কর্ত্তরীমুখ হস্ত—অর্দ্ধপতাক হস্তদা খুদোম্বী, খুৎনাউবী অনিদংনা তিংথোক্লবদি মদুবু "কর্ত্তরীমুখ হস্ত" হায়না কৌই ।।৮৯।।

নূপী নিপা কায়নবা, থোঙ্ থোইনাইবা, লুট (মৎপা, মুনবা), মিৎলু, শিবা, থেম্নবা তাকপা, নোংথাঙ্, কায়নবগী বাথল লোয়নমা মথক্তা নায়তোম হিপ্পা, তাবা, তুবা (মথাদা), অমসুং উয়ী অসিনচিংবা উৎপদা শীজিন্নরিবা হস্তক অদুবু 'কর্ত্তরীমুখ হস্ত' হায়না কৌই ।।৯০-৯১।।

ময়ূরহস্ত—খুৎপী, খুৎনিংথৌ অনিনা শম্নগা খুৎচা অতৈনা তিংথোক্লবদি খুৎজোনগী [illegible] মমা থঙ্বা পজিতথিংনা মদুবু 'ময়ূরহস্ত' কৌই হায় ।।৯২।।

### বিনিয়োগঃ

ময়ূরাস্যে লতায়াঞ্চ শকুনে বমনে তথা ।
অলকস্যাপনয়নে ললাটতিলকেষু চ ।।১৩।।
নদ্যুদকস্য নিক্ষেপে শাস্ত্রবাদে প্রসিদ্ধকে ।
এবমর্থেষু যুজ্যন্তে ময়ূরকরভাবনাঃ ।।১৪।।

### অর্দ্ধচন্দ্রহস্তঃ

অর্দ্ধচন্দ্রকরঃ সোহয়ং পতাকেহঙ্গুষ্ঠসারণাৎ ।

### বিনিয়োগঃ

চন্দ্রে কৃষ্ণাষ্টমীভাজি গলহস্তার্থকেহপি চ ।।১৫।
ভল্লায়ুধে দেবতানামভিষেচনকর্ম্মণি ।
ভুক্‌পাত্রে চোদ্ভবে কট্যাং চিন্তায়ামাত্মবাচকে ।।১৬।
ধ্যানে চ প্রার্থনে চাপি অঙ্গানাং স্পর্শনে তথা ।
প্রাকৃতানাং নমস্কারে অর্দ্ধচন্দ্রো নিযুজ্যতে ।।১৭।।

### অরালহস্তঃ

পতাকে তর্জ্জনী বক্রা নাম্না সোহয়মরালকঃ ।

---

মাহোঙ, ময়ায়, উরা, উচেক, ওবা, লাইপক্কী শমজোই হাইগৎপা, লাইপক্তা চন্দন থিনবা, তুরেনগী ঈশিং শিন্তোকপা, শাস্ত্রগী বিচার তৌবা অমদি অকাওবা পোৎ অমা তাকপা অসিনচিংবা হিবমদা 'ময়ূরহস্ত' অসি শীজিন্নগনি ।।১৩-১৪।।

অর্দ্ধচন্দ্রহস্ত – পতাকহস্তগী কোনাশিল্লিবা থূৎপী অচুনা তিংথোক্লবদি ( থূবাক তিংলবদি ) মদুবু 'অর্দ্ধচন্দ্রহস্ত কৌই । শিথরকপগী অষ্টমী ( ২৩ নি পানবা ) তিথিদা থোকপা থা, থোঙ্গী পায়হুনা ইনবা তল্ল হায়না কৌবা থৃৎলাই, লাইগী অভিষেক, পুথম তেংকোৎ, থোরকপা, খ্বাঙ, খাখল তৌবা, আত্মাগী মরম থনবা, ধ্যান, প্রার্থনা, হকচাং শোবপা, অতোনবা মীনা খুকথা—হিরমশিং অসিদা 'অর্দ্ধচন্দ্রহস্ত' তৌগনি ।।১৫-১৭।।

পতাকহস্তগী খুদোংবী অচুনা কোনশিল্লবদি মদুবু 'অরালহস্ত' হায়না কৌই ।

### বিনিয়োগঃ

(১) তীর্থামৃতাদি পানেষু প্রচণ্ডপবনেঽপি চ।
অরালহস্তঃ কথিতঃ স তু নৃত্যবিশেষতঃ ।।৯৮।।

### শুকতুণ্ডহস্তঃ

অস্মিন্ননামিকা বক্রা শুকতুণ্ডকরো ভবেৎ।

### বিনিয়োগঃ

বাণপ্রয়োগে কুন্তার্থে বাহলয়স্য স্মৃতিক্রমে।
মর্ম্মোক্ত্যামুগ্রভাবেষু শুকতুণ্ডো নিযুজ্যতে।৯৯।।

### মুষ্টিহস্তঃ

মেলনাদঙ্গুলীনাঞ্চ কুঞ্চিতানাং তলান্তরে।
অঙ্গুষ্ঠশ্চোপরিযুতো মুষ্টিহস্তোঽয়মীর্য্যতে ।।১০০।।

### বিনিয়োগঃ

স্থিরে কচগ্রহে দার্ঢ্যে বস্ত্রাদীনাঞ্চ ধারণে।
মল্লানাং যুদ্ধভাবেঽপি মুষ্টিহস্তোঽয়মিষ্যতে।।১০১।।

---

তীর্থনচিংবগী ঈশিং থকপা অমদি অকনবা নুংশিৎ শিৎপা মতমদা 'অরালহস্ত' অসি শীজিন্নগনি। মসিদি নৃত্যদা য়াম্না থোইদোকই ।।৯৮।।

শুকতুণ্ডহস্ত—পতাকহস্তগী খুৎনিংথৌ অহু কোনশিন্নবদি মদুবু 'শুকতুণ্ডহস্ত' হায়না কৌই। তেন কাপ্পা, মশা পানবা তেন নত্রগা য়ুমনিঙ্ শিংবা, অকবা হিরম ফোংদোকপা, অমদি অশাউবা উৎপা—অসিনচিংবা হিরমশিংদা 'শুকতুণ্ড-হস্ত' শীজিন্নগনি ।।৯৯।।

মুষ্টিহস্ত—খুৎপীনা মথক থংলগা খুংচা অতৈনা খুবাক্তা কোনশিন্নবদি মদুবু 'মুষ্টি হস্ত' হায়না কৌই ।।১০০।।

শম কন্না পায়বা, অচেৎপা (লেঙ্ দ্রবা) মতৌ উৎপা, পোৎ পায়বা, মল তৌন-বনচিংবা উৎপদা নাট্যহৈবশিংনা 'মুষ্টি' হস্ত অসি শীজিন্নগনি ।।১০১।।

---

(১) বিষাক্তমৃতপানেষু—হু অমদি অমৃতনচিংবা থকপদা—অঃ নাঃ শাঃ মেংগদবা—অশোক নাথ শাস্ত্রীগী লাইরিক্তদি (১) গী মথংগী লাইন অসি য়াওদে।

## শিখরহস্তঃ

চেন্মুষ্টিরূন্নতাঙ্গুষ্ঠঃ স এব শিখরঃ করঃ।

## বিনিয়োগঃ

মদনে কার্ম্মুকে স্তম্ভে নিশ্চয়ে পিতৃকর্ম্মণি ॥১০২॥
ওষ্ঠে প্রবিষ্টরূপে চ রদনে প্রশ্নভাবনে।
লিঙ্গে নাস্তীতি বচনে স্মরণেঽভিনয়ান্তিকে ॥১০৩॥
কটিবন্ধাকর্ষণে চ পরিরম্ভবিধিক্রমে।
ঘণ্টানিনাদে শিখরো যুজ্যতে ভরতাদিভিঃ ॥১০৪॥

## কপিত্থহস্তঃ

অঙ্গুষ্ঠমূর্দ্ধ্নি শিখরে বক্রিতা যদি তর্জ্জনী।
কপিত্থাখ্যঃ করঃ সোঽয়ং কীর্ত্তিতো নৃত্যকোবিদৈঃ ॥১০৫॥

## বিনিয়োগঃ

লক্ষ্ম্যাঞ্চৈব সরস্বত্যাং নটানাং তালধারণে।
গোদোহনেঽপ্যঞ্জনে চ লীলাকুসুমধারণে ॥১০৬॥

---

শিখরহস্ত—মুষ্টি হস্তগী খুংপী অহুনা মথক্তা তি খংলবদি মদুবু 'শিখরহস্ত হায়না কৌই। কামগী বাখল ফোংদোকপা, লীকং পায়বা, য়ুগী পায়বা, অয়েক্পা খণ্ডহনবা, পিতৃশ্রাদ্ধগীদমক কুশ পায়বা, চীনবান শোকপা, ইমুং চঙ্বা, য়াশোকপা, করিগুম্বা বাহংগী পাউথুম খনবা, থূদম অমা তাকপা, 'লৈতে' হায়বা, করিগুম্বা অমা নিঙশিংবা, মতিক চাবা অভিনয় তৌবা, খ্বাঙলাক্লিচিংবদা পায়হুনা চিংবা, কোয়বা (আলিঙ্গন) অমসুং শরীক খিঙবা অসিনচিংবদা 'শিখরহস্ত' শীজিন্নগনি হায়না ভরতনচিংবা নাট্যশাস্ত্র লেংবশিংনা হায়রম্মী ॥১০৩-১০৪॥

কপিত্থহস্ত—শিখরহস্তগী খুংপী মতোন্দা খুদোম্বী কোনশিন্দুনা মতোন অনি শয়রবদি মদুবু কপিত্থহস্ত' কৌই হায়না নাট্য হৈবশিংনা হায় ॥১০৫॥

চেলাঞ্চলাদিগ্রহণে পটস্যৈবাবগুণ্ঠনে ।
ধূপদীপার্চ্চনে চাপি কপিত্থঃ সম্প্রযুজ্যতে ॥১০৭॥

## কটকামুখহস্তঃ

কপিত্থে তর্জ্জনী চোর্দ্ধ্বমুচ্ছ্রিতাঙ্গুষ্ঠমধ্যমা ।
কটকামুখহস্তোঽয়ং কীর্ত্তিতো ভরতাগমে ॥১০৮॥

## বিনিয়োগঃ

কুসুমাবচয়ে মুক্তাস্রগ্দাম্নাং ধারণে তথা ।
শরমধ্যাকর্ষণে চ নাগবল্লীপ্রদানকে ॥১০৯॥
কস্তুরিকাদিবস্তূনাং পেষণে গন্ধবাসনে ।
বচনে দৃষ্টিভাবেঽপি কটকামুখ ইষ্যতে ॥১১০॥

## সূচীহস্তঃ

ঊর্দ্ধ্বপ্রসারিতা যত্র কটকামুখতর্জ্জনী ।
সূচীহস্তঃ স বিজ্ঞেয়ো ভরতাগমকোবিদৈঃ ॥১১১॥

---

লক্ষ্মী অমদি সরস্বতী দর্শন তৌবা, জগোই শাবগী তাল থাবা, শঙ্গোম তুবা, মিংতা কাজল থাবা, শৃঙ্গার হেনগৎনবা লৈ পায়বা, ফীজি পায়বা, কোক খুমা, লাইদা *ধূপ থাউমৈ কৎপা অমিনচিংবদা 'কপিত্থহস্ত' শীজিন্নগনি ॥১০৭॥

কটকামুখহস্ত—কপিত্থহস্তগী চাইগৎলিবা খুৎপী অতদা খুদোঙ্বী অমসুং খুং-য়ায়না মথক থংনা লৈববু ভরতকী নাট্য শাস্ত্রদা 'কটকামুখহস্ত' হায়না কৌই ॥১০৮॥

লৈ হেকপা, মুক্তা পরেং শিন, লীরো মথায়দা চিংবা, পানা লানবা, কস্তুরী-নচিংবা পোৎ তকথায়বা, মনম হুন্দিনবা, ৱাঙাঙবা অমদি তোপতোপা মিংয়েং মথল অমদা 'কটকামুখহস্ত' অমি শীজিন্নবা য়াই ॥১১০॥

সূচীহস্ত—কটকামুখহস্তগী খুদোঙ্বীনা চপ য়ুংনা তিংথোক্লবদি ভরতকী নাট্য শাস্ত্র খঙবশিংনা মদুবু 'সূচীহস্ত' কায়না কৌই ॥১১১॥

---

*ধূপ থাউমৈ নৎপগী নিয়ম—লাইগী যেৎতা থাডিয়ে, ওয়দা ধূপ কৎকনি। থাউমৈবু মাঙদা মক্কগা ওয়দা অক্ৎগা ধূপনা যেৎতা মক্রগা মাঙদা কৎপা য়াদে। চমুদা মক্কগা আসন অমদা ধূপ কৎহৈদে, হান্নিবা পাত্রদা অহুম্মক কৎকনি।

## বিনিয়োগঃ

একার্থেঽপি পরব্রহ্মভাবনায়াং শতেঽপি চ ।
রবৌ নগর্য্যাং লোকার্থে তথেতি বচনেঽপি চ ।
যচ্ছব্দেঽপি চ তচ্ছব্দে বিজনার্থেঽপি তর্জনে ॥১১২॥
কার্শ্যে শলাকে বপুষি আশ্চর্য্যে বেণিভাবনে ।
ছত্রে সমর্থে পাণৌ চ রোমাল্যাং ভেরীবাদনে । ১১৩॥
কুলালচক্র-ভ্রমণে রথাঙ্গমণ্ডলে তথা ।
বিবেচনে দিনান্তে চ সূচীহস্তঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥১১৪॥

## চন্দ্রকলাহস্তঃ

সূচ্যামঙ্গুষ্ঠমোক্ষে তু করশ্চন্দ্রকলা ভবেৎ ।

## বিনিয়োগঃ

চন্দ্রে মুখে চ প্রাদেশে তন্মাত্রাকারবস্তুনি ॥১১৫॥
শিবস্য মুকুটে গঙ্গানদ্যাঞ্চ লগুড়েঽপি চ ।
এষাং চন্দ্রকলা চৈব বিনিযোজ্যা বিধীয়তে ॥১১৬॥

---

করিগুম্বা পোৎ, মী, অমা, হায়বা অসি তাকপা, পরব্রহ্মবু ধ্যান তৌবা, চামা হায়বা মশীং থঙ্কনবা, নুমিৎ উৎপা, সহর অমবু তাকপা, কনাগুম্বা মী অমবু থিন্দুনা তাকপা, 'অদুগুম্বনি' হায়বা, 'অদু' 'মদু' হায়বা, অচৌকপা থঙহনবা, চৈবা-থাংবা, মাঙ কংশিনবা উৎপা, মচীন তুম্বা পোৎ উৎপা, হকচাং উৎপা, অঙকপা, শম বেণী লোনবা, ছত্র, তৌবা ঙম্বা, খুৎ হকচাং তু, মাইবুং মৈবা, চফু শাবগী চক্র লৈবা, লোলাই কাংথোক্ত মকোয় বাথল থনবা অমদি নুমিৎ তাবা অসিনচিংবা থঙহন-বদা 'সূচীহস্ত' অসি শীজিন্নগনি ॥১১২-১১৪॥

চন্দ্রকলাহস্ত—সূচীহস্তগী খুৎপী অদুবু তোঙান থাইদোক্লবদি 'চন্দ্রকলাহস্ত' হায়বনি ওই। (খুৎচা অকয়া খুবাক্তা কোনশিল্লগা খুৎপী খুদোম্বীনা কাক্তোক্লা তিংথোক্লগদবনি)। থা, মায়থোং, হৈগী (কাপ) মচাং ওনবা, মহাদেবগী মুকুট (লুহুপ), গঙ্গাতুরেন, চৈজ—মথোয় অসি তাকপদা 'চন্দ্রকলাহস্ত' শীজিন্নগনি ॥১১৫-১১৬॥

## পদ্মকোশহস্তঃ

অঙ্গুল্যো বিরলাঃ কিঞ্চিৎ কুঞ্চিতাস্তলনিম্নগাঃ ।
পদ্মকোশাভিধো (১) হস্তস্তন্নিরূপণমুচ্যতে ॥১১৭॥

## বিনিয়োগঃ

ফলে বিল্বকপিত্থাদৌ স্ত্রীণাঞ্চ কুচকুম্ভয়োঃ ।
আবর্ত্তে কন্দুকে স্থাল্যাং ভোজনে পুষ্পকোরকে ॥১১৮॥
সহকারফলে পুষ্পবর্ষে মঞ্জরিকাদিষু ।
জপাকুসুমভাবে চ (২) ঘণ্টারূপবিধানকে ।
বল্মীকে কমলেহপ্যণ্ডে পদ্মকোশো বিধিয়তে ॥১১৯॥

## সর্পশীর্ষহস্তঃ

পতাকা নমিতাগ্রা চেৎ সর্পশীর্ষকরো ভবেৎ ॥

## বিনিয়োগঃ

চন্দনে ভুজগে মন্ত্রে প্রোক্ষণে পোষণাদিষু ॥১২০॥

---

পদ্মকোশ-খুৎচা পুম্মক অমগা অমগা মরক লম্নহল্লগা মতোন থরা খুবাক্লোমদা কোম্বরবদি মদুবু 'পদ্মকোশহস্ত' হায়না কৌই। মসিবু কয়িদা শীজিন্নগদগে হায়বচু হায়রকে ॥১১৭॥

কৈ-থাগোক, হৈগ্রীনচিংবা উহৈ, নূপীগী থবাক ভানফম অনি, ঈশিং ইরৈ, কাংক্রম, চক্কু, চাবা, লৈ অপোম্বা, হৈনৌ, লৈ-চাইথবা, লৈয়োন, জবাকুসুম, শরীক মণ্ডপ, লৈশোবুং, থম্বাল, মরম,—পোৎশিং অসিগী অর্থ তাকপদা 'পদ্মকোশহস্ত' অসি শীজিন্নগনি ॥ ১১৯॥

সপশীর্ষহস্ত পতাকহস্তগী বাংথৎলিবা খুৎচাকশিংদি মতোন অচু হাইথরগা ওইবা মওঙ অদুবু 'সর্পশীর্ষহস্ত' কৌই। চন্দন, লিন, অরম্বা অহকপা খোঞ্জেল, করিগুম্বা পোৎ অমবু খিক্লোকপা, লোইবা-য়োকপনচিংবা, লাইরা ঈশিং কৎপা

---

(১) হস্তো—পাঠ
(২) ঘণ্টারূপে—পাঠ

দেবস্তোদকদানেষু আস্ফালে গজকুম্ভয়োঃ।
ভুজস্থানে তু মল্লানাং যুজ্যতে সর্পশীর্ষকঃ ॥১২১॥

## মৃগশীর্ষহস্তঃ

অস্মিন্ কনিষ্ঠিকাঙ্গুষ্ঠে প্রসৃতে মৃগশীর্ষকঃ।

## বিনিয়োগঃ

স্ত্রীণামর্থে কপোলে চ চক্রমর্য্যাদয়োরপি ॥১২২॥
ভীত্যাং বিবাদে নেপথ্যে আহ্বানে চ ত্রিপুণ্ড্রকে।
মৃগমুখে রঙ্গমল্ল্যাং পাদসংবাহনে তথা ॥১২৩॥
সর্ব্বস্বে মিলনে কামমন্দিরে ছত্রধারণে।
সঞ্চারে চ প্রিয়াহ্বানে যুজ্যতে মৃগশীর্ষকঃ ॥১২৪॥

## সিংহমুখহস্তঃ

মধ্যমানামিকা-গ্রাভ্যামঙ্গুষ্ঠৌ মিশ্রিতৌ যদি।
শেষৌ প্রসারিতৌ যত্র স সিংহাস্যকরো ভবেৎ ॥১২৫॥

---

গজকুম্ভ—( শামু মকোক ) অনিনা হাইবা অমসুং মল শায়বা মীগী পাখোম-মখোয় অসি খঙহনবদা সর্পশীর্ষহস্ত শীজিন্নগনি ॥১২০-১২১॥

মৃগশীর্ষহস্ত—সর্পশীর্ষহস্তগী মওঙদা খুৎপী খুৎনাউবী তিংথোক্লবদি মওঙ অদুবু 'মৃগশীর্ষহস্ত' হায়না কৌই।

নূপী, খজাই ( অর্থ অমদা লাইপক ), চক্র, ঙমখৈ, অকিবা, খৎনবা, জগোইশঙগী ফি-শেৎকম, কৌবা, ত্রিপুণ্ড্রক ( চন্দন মখিন মখল অমা ), শজি মকোক, বীণা, খোঙ-নোইবা, লৈজবা ললথুম পুন্নমক, তিন্নবা, কামমন্দির ( অর্থ অমদা নূপীগী অথুপ্পা মকম ), ছত্র পায়বা, লম কোয়বা অমসুং চান্নববু কৌবা হিন্নমশিং অসি খঙহনবদা 'মৃগশীর্ষহস্ত' শীজিন্নগনি ॥১২৪॥

সিংহমুখহস্ত—খুদোম্বীগা খুৎনাউবীগা তিংনা হাইগৎতুনা লৈরগা খুৎপী, খুৎয়ায় অমসুং খুৎনিঙথৌনা মতোল শম্নজনা লৈরবদি মদুবু 'সিংহমুখহস্ত' হায়না কৌই ॥১২৫॥

## বিনিয়োগঃ

(১) হোমার্থে দর্ভচলনে পদ্মমালাভৃতৌ স্মিতে।
সিংহাসনে বৈষ্ণপাকে শোভনে সম্প্রযুজ্যতে।
(২) যুজ্যতে সিংহবক্ত্রাখ্যো হস্তোঽয়ং করবেদিভিঃ ॥১২৬॥

## কাঙ্গুলহস্তঃ

পদ্মকোশেঽনামিকা চেন্নম্রা কাঙ্গুলহস্তকঃ।

## বিনিয়োগঃ

লকুচস্য ফলে বালকিঙ্কিণ্যাং (৩) ঘন্টিকার্থকে ॥১২৭॥
চকোরে ক্রমুকে বালকুচে কহ্লারকে তথা।
চাতকে নালিকেরে চ কাঙ্গুলো যুজ্যতে করঃ ॥১২৮॥

## অলপদ্মহস্তঃ

কনিষ্ঠাদ্যা বক্রিতাশ্চ বিরলাশ্চালপদ্মকঃ।

---

হোম তৌবা, কুশ মনা পায়তুনা হাইবা, থম্বাল পরেং শিবা, মোমোন নোকপা, সিংহাসন (ভাংবন), মাইবনা থাউনচিংবা ভৌবা, নিঙথিবা পোৎ উৎপা অসিন-চিংবদা 'সিংহমুখহস্ত' উৎকদবনি হায়না খুৎলোন থওবশিংনা হায় ॥১২৬॥

কাঙ্গুলহস্ত—পদ্মকোশহস্তগী মওঙদা খুৎনীংথৌ কোঙ্করবদি মদুবু 'কাঙ্গুলহস্ত' হায়না কৌই।

লকুচ (ভহম্বা) কৌবা উহৈ, অপীকপা কিঙ্কিণী (অঙাংগী) শরীক মচা, চকোরপক্ষী (নোংইন), কা, অঙাংগী থবাক (খোম), থম্বো অঙাঙবা, মোং-গোবা, যুবী, (মহৈ)—মখোয় অসি তাকপদা 'কাঙ্গুলহস্ত' শাজিন্নগনি ॥১২৭-১২৮॥

অলপদ্মহস্ত—খুৎনাউবীনচিংবা খুৎচা পুম্মক মহৈ মহৈ ফাঙ্গোক্লম্বগা মতোন কোনশিন্নরবদি মদুবু 'অলপদ্মহস্ত' কৌই।

---

(১) হোমে শশেগজে দভচলনে পদ্মদামনি = হোম তৌবা, থেব, শাম্নু, কুশ মনা পায়তুনা হাইবা, থম্বাল পরেং ... ... অঃ নাঃ শাঃ

(২) অঃ দাঃ শাস্ত্রীগী অভিনয়দর্পণদা মসি য়াওদে।

(৩) ঘন্টিকার্থকে—অঃ দাঃ শাঃ

## বিনিয়োগঃ

বিকচাব্জে কপিত্থাদিফলে চাবর্ত্তকে কুচে ॥১২৯॥
বিরহে মুকুরে পূর্ণচন্দ্রে সৌন্দর্য্যভাবনে।
ধম্মিল্লে চন্দ্রশালায়াং গ্রামে চোচ্চ্ কোপয়োঃ ॥১৩০॥
তটাকে শকটে চক্রবাকে কলকলারবে।
শ্লাঘনে সোঽলপদ্মশ্চ কীর্ত্তিতো ভরতাগমে ॥১৩১॥

## চতুরহস্তঃ

তর্জ্জন্যাদ্যাস্ত্রয়ঃ শ্লিষ্টাঃ কনিষ্ঠা প্রসৃতো যদি।
অঙ্গুষ্ঠোঽনামিকামূলে তির্য্যক্ চেচ্চতুরঃ করঃ ॥১৩২॥

## বিনিয়োগঃ

কস্তুর্য্যাং কিঞ্চিদর্থে চ স্বর্ণে তাম্রে চ লোহকে।
আর্দ্রে খেদে রসাস্বাদে লোচনে বর্ণভেদনে ॥১৩৩॥
প্রমাণে সরসে মন্দগমনে শকলীকৃতে।
আননে ঘৃততৈলাদৌ যুজ্যতে চতুরঃ করঃ ॥১৩৪॥

---

থম্বাল অশাংপা, হৈগ্রানচিংবা উহৈ, ইবৈ, থবাক ঙানফম (খোম), কায়-নবা, শকয়েং মিংশেল, পূর্ণিমাগী থা, ফজবা, কোকথকী শম্পুন, চন্দ্রশলা (য়ুমথক্তা লৈবা কা), থুঙ্গং, থাঙ্গৎপা, অশাউবা, ঈশিং লৈফম (খুত্রী পাৎনচিংবা), শাড়ী, ঙাহু থজোং, লাঙবা-নিনবা, অমস্তুং থাগৎপা (নাপল) অসিনচিংবদা 'অলপদ্মহস্ত' অসি শীজিন্নগদবনি হায়না নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা হায় ॥১৩০-১৩১॥

চতুরহস্ত—খুদোম্বী, খুৎয়ায় অমস্তুং খুৎনিঙথৌ অহুম অসিনা মহৈ মহৈ কোয়প তৌনা নপশিন্নগনি, খুৎনাউবী তিংথোকনি অহুপা খুৎপীনা খুৎনিঙথৌ মক থোক্লগনি। মসিবু 'চতুরহস্ত' হায়না কৌই ॥১৩২॥

কস্তুরী, য়ামদবা খঙহনবা, সনা, কোয়ী, য়োৎ, অচোৎপা, থাবা, রস থঙবা, মিৎ, মচু তাকপা, করিগুম্বা পোৎকী প্রমাণ তৌবা, তপ্না তপ্না চৎপা, ককথৎলবা পোৎ, মায়থোং, ঘি অমস্তুং থাউ অসিনচিংবা পোৎ তাকপা মতমদা 'চতুরহস্ত' অদি শীজিন্নগনি ॥১৩৩॥

## ভ্রমরহস্তঃ

মধ্যমাঙ্গুষ্ঠসংযোগে তর্জ্জনী বক্রিতাকৃতিঃ।
শেষাঃ প্রসারিতাশ্চাসৌ ভ্রমরাভিধহস্তকঃ ॥১৩৫॥

## বিনিয়োগঃ

ভ্রমরে চ শুকে পক্ষে সারসে কোকিলাদিষু ॥
ভ্রমরাখ্যশ্চ হস্তোঽয়ং কীর্ত্তিতো ভরতাগমে। ১৩৬॥

## হংসাস্যহস্তঃ

(১) প্রসৃতং বিরলং চেৎ স্যাৎ মধ্যমাদ্যঙ্গুলিত্রয়ম্।
তর্জ্জন্যঙ্গুষ্ঠ সংশ্লেষাৎ করো হংসাস্যকো ভবেৎ ॥১৩৭॥

## বিনিয়োগঃ

মাঙ্গল্যে সূত্রবন্ধে চ উপদেশবিনিশ্চয়ে।
রোমাঞ্চে মৌক্তিকাদৌ চ দীপবর্ত্তিপ্রসারণে ॥১৩৮॥
নিকষে মল্লিকাদৌ চ চিত্রে তল্লেখনে তথা।
দংশে চ জলবন্ধে চ হংসাস্যো যুজ্যতে করঃ ॥১৩৯॥

---

ভ্রমরহস্ত—খুৎপীগা খুৎয়ায়গা মতোন শময়গা খুদোম্বীনা কোনশিনগনি অহুগা অয়েম্বা খুৎচা অনিনা তিংখোকনি— মওঙ অসিবু 'ভ্রমরহস্ত' কৌই ॥১৩৫॥

খোইমু, তেনবা, উচেক মশা, বাইনু, কোকিল অসিনচিংবা উচেক মশক তাকপদা 'ভ্রমরহস্ত' শীজিন্নগনি হায়না ভরতকী নাট্যশাস্ত্রদা হায়রি ॥১৩৬॥

হংসাস্যহস্ত—খৎয়ায়, খুৎনিঙথৌ অমসুং খুৎনাউবী অহুম অসি অমগা অমগা লময়না তিংখোক্লবদি অহুগা খুৎপী, খুদোম্বীনা মতোন শময়বদি মদুবু 'হংসাস্যহস্ত' কৌই ॥১৩৭॥

মঙ্গলগী থবক নত্রগা পোৎ, লং কিশিনবা, পাউতাক মশক লেপ্পা, তুজুং-মানজুংবা, মণি-মুক্তা অমদি অশাংবা মৈরামচান, কষ্টিপাথর (সনা-কৈ ফত্তে য়েংনবা নুং), মল্লিকানচিংবা লৈ, অয়েকপা লাই নত্রগা লাইয়েকপা, কাঙ, হমিং অমদি ঈশিং পন থিংবা—অসি পুম্নমক্তা হংসাস্যহস্ত শীজিন্নগনি ॥১৩৯॥

---

(১) মধ্যমাদ্যাস্ত্রয়োঽঙ্গুল্যঃ প্রসৃতাবিরলাযদি—অঃ দাঃ দাঃ
অর্থদি অমত্তনি।

### হংসপক্ষহস্তঃ

সর্পশীর্ষকরে সম্যক্ কনিষ্ঠা প্রসৃতা যদি।
হংসপক্ষঃ করঃ সোঽয়ং ভরিরূপণমুচ্যতে ॥১৪০॥

### বিনিয়োগঃ

ষট্সংখ্যায়াং সেতুবন্ধে নখরেখাঙ্কনে তথা।
পিধানে হংসপক্ষোঽয়ং কথিতো ভরতাগমে ॥১৪১॥

### সন্দংশহস্তঃ

পুনঃ পুনঃ পদ্মকোশঃ সংশ্লিষ্টো বিরলো যদি।
সন্দংশাভিধহস্তোঽয়ং কীর্ত্তিতো নৃত্যকোবিদৈঃ ॥১৪২॥

### বিনিয়োগঃ

উদরে বলিদানে চ ব্রণে কীটে মহাভয়ে।
অর্চ্চনে পঞ্চসংখ্যায়াং সন্দংশাখ্যো নিযুজ্যতে ॥১৪৩॥

### মুকুলহস্তঃ

অঙ্গুলীপঞ্চকঞ্চৈব মেলয়িত্বা প্রদর্শনে।
মুকুলাভিধহস্তোঽয়ং (১) কীর্ত্তিতো ভরতাগমে ॥১৪৪॥

---

হংসপক্ষহস্ত—সর্পশীর্ষহস্তগী খুৎনাউবী অচুনা নিঙথিনা তিংথোক্লবদি মদুবু 'হংসপক্ষ হস্ত' হায়না কৌই। মগুগী শীজিন্নকম হায়রি ॥১৪০॥

'৬' হায়বা মশীং অসি উৎপা, থোং শাবা, খুজিন্না লৈই চিংবা অতুপা, কয়িংগুবা পোৎ অমবু কুপশিন খুমজিনবা মতমদা 'হংসপক্ষহস্ত' শীজিন্নগনি হায়না ভরতকী নাট্য শাস্ত্রদা হায়রি ॥১৪১॥

সন্দংসহস্ত—অগোই হৈবশিংনা হায় মতুদি--পদ্মকোশহস্তবু হন্না হন্না উমশিনবা অমদি কন্দোকপা ভৌববু 'সন্দংশহস্ত' কৌই ॥১৪২॥

পুক, লাইদা-পোৎ-কৎপা, অপোম অতঙ, তীল, য়াম্না কিবা, পূজা অমদি 'মঙা' হায়বা মশীং অসি উৎপা মতমদা 'সন্দংশহস্ত' অসি শীজিন্নগদবনি ॥১৪৩॥

মুকুলহস্ত—খুৎচা মঙামক পূনশিন্নদুনা উৎলবদি মওঙ অদুবু 'মুকুলহস্ত' কৌই হায়না ভরতনা লেংবা 'নাট্যশাস্ত্র'দা হায়রি ॥১৪৪॥

---

(১) কীর্ত্ত্যতে—পাঠ

### বিনিয়োগঃ

কুমুদে ভোজনে পঞ্চবাণে মুদ্রাদিধারণে ।
নাভৌ চ কদলীপুষ্পে যুজ্যতে মুকুলঃ করঃ ॥১৪৫॥

### তাম্রচূড়হস্তঃ

মুকুলে তাম্রচূড়ঃ স্যাত্তর্জ্জনী বক্রিতা যদি ।

### বিনিয়োগঃ

কুক্কুটাদৌ বকে কাকে উষ্ট্রে বৎসে চ লেখনে ।
যুজ্যতে তাম্রচূড়াখ্যঃ করো ভরতবেদিভিঃ ॥১৪৬॥

### ত্রিশূলহস্তঃ

নিকুঞ্চনযুতাঙ্গুষ্ঠকনিষ্ঠস্তু ত্রিশূলকঃ ।

### বিনিয়োগঃ

বিল্বপত্রে ত্রিত্বযুক্তে ত্রিশূলকর ঈরিতঃ ॥১৪৭।

### ব্যাঘ্রহস্তঃ

কনিষ্ঠাঙ্গুষ্ঠনমনে মৃগশীর্ষকরে তথা ।
ব্যাঘ্রহস্তঃ স বিজ্ঞেয়ো ভরতাগমকোবিদৈঃ ।

---

থয়ো-থবাল অঙোবা, চাবা থকপা, কাম অমদি শেল-থুম্নচিংবা পায়বা, খোয়দৌ, লকুথয়ো অসিনচিংবা তাকপদা মুকুলহস্ত শীজিন্নগনি ॥১৪৫॥

তাম্রচূড়—মুকুলহস্তগী খুদোংথী অতু কোনশিল্লবদি মদুবু 'তাম্রচূড়হস্ত' হায়না কৌই । য়েনবী য়েনবানচিংবা, উয়োক, কাক, উট, যমাউমচা অমদি লাইরিক ইবনচিংবদা ভরতকী নাট্যংশাস্ত্র হৈবা মীশিংনা 'তাম্রচূড়' হস্ত শীজিন্নৈ ॥১৪৬॥

ত্রিশূলহস্ত—খুৎপী, খুৎনিঙথৌ অনিমক কোনশিল্লবদি মদুবু 'ত্রিশূলহস্ত' হায়না কৌই । হৈ-থাগোক-মনা অমদি মশীং অহুম তবা করিগুম্বা পোৎ তাকপদা ত্রিশূলহস্ত অসি শীজিন্নগনি ॥১৪৭॥

ব্যাঘ্রহস্ত—ভরতনা লেংবা নাট্য-শাস্ত্র হৈবা মীশিংনা থুঙৈ মহুদি—মৃগশীর্ষ-হস্তগী মওঙদা খুৎপী অমদি খুৎনাউবী কোহয়ববি মদুবু 'ব্যাঘ্রহস্ত' হায়না কৌই ।

### বিনিয়োগঃ

ব্যাঘ্রে ভেকে মর্কটে চ শুক্তৌ সংযুজ্যতে করঃ ॥১৪৮॥

### অর্দ্ধসূচীহস্তঃ

কপিত্থে তর্জ্জনী ঊর্দ্ধ্বপ্রসারণে অর্দ্ধসূচিকঃ ॥

### বিনিয়োগঃ

অঙ্কুরে পক্ষিশাবাদৌ বৃহৎকীটে নিযুজ্যতে ॥১৪৯॥

### কটকহস্তঃ

সন্দংশেহগ্রপূর্দ্ধভাগেতু মধ্যমানামিকাদ্বয়াৎ ।
(যাদৃশো জায়তে হস্তঃ) কটকোহস্ত উচ্যতে ॥১৫০॥

### বিনিয়োগঃ

এতস্য বিনিয়োগস্তু ( গগনাদিত্যদর্শনে )।
আহ্বানে ভাবচলনে ( যুজ্যতে কটকঃ করঃ ) ॥১৫১॥

---

কৈ, হওোই, য়োং অমদি কোংগ্রেঙ তাকপদা 'ব্যাঘ্রহস্ত' অসি শীথিন্নগনি ॥১৪৮॥

অর্দ্ধসূচীহস্ত—কপিথহস্তগী খুদোঙ্ষীনা মথক্তা চুম্না চপ তিংহনবদি মতুদা ওইবা মওঙ অদুবু 'অর্দ্ধসূচীহস্ত' হায়না কৌই । উন্নী-উনানচিংবগী ময়োন, উচেক মচা অসিনচিংবা অমদি অচৌ অচৌবা তীলনচিংবা উংপদা 'অর্দ্ধসূচীহস্ত' শীজিন্ন-গনি ॥১৪৯॥

কটকহস্ত—সন্দংশহস্তগী মওঙদা খুৎয়ায় অমদি খুৎনিঙথৌ অনিমক্কা নপনা মথক্তা চপতিংনা লৈয়বদি মদুবু 'কটকহস্ত' হায়না কৌই ॥১৫০॥

কৌবদা অমদি ঙাহৌ ঙাহৌ চৎপদা মসি শীজিন্নগনি ॥১৫১।

মেংথোকবা—মথকী ব্রেকেট তৌরিবশিং অসি মূলদা য়াওদবদগী অচাবা শাস্ত্রনা পণ্ডিতশিংনা হাপচিনবনি ।

## পল্লীহস্তঃ

ময়ূরে তর্জ্জনীপৃষ্ঠে মধ্যমেন যুতো যদি ।

## বিনিয়োগঃ

পল্লীহস্তঃ স বিজ্ঞেয়ঃ পল্ল্যর্থে বিনিযুজ্যতে ।।১৫২।।
অভিনয়বশাদেষাং সংযুতত্বং প্রকীর্ত্তিতম্ ।
মার্গপ্রদর্শনং তেষাং ক্রমাল্লক্ষ্যানুসারতঃ ।।১৫৩।।

## সংযুতহস্তাঃ

অঞ্জলিশ্চ কপোতশ্চ কর্কটঃ স্বস্তিকস্তথা ।
ডোলাহস্তঃ পুষ্পপুট উৎসঙ্গঃ শিবলিঙ্গকঃ ।।১৫৪।।
কটকাবর্দ্ধনশ্চৈব কর্ত্তরীস্বস্তিকস্তথা ।
শকটঃ শঙ্খচক্রে চ সম্পুটঃ পাশকীলকৌ ।।১৫৫।।
মৎস্যঃ কূর্ম্মো বরাহশ্চ গরুড়ো নাগবন্ধকঃ ।
খট্বা ভেরুণ্ড ইত্যেতে সংখ্যাতাঃ সংযুতাঃ করাঃ ।
ত্রয়োবিংশতিরিত্যুক্তাঃ পূর্ব্বগৈর্ভরতাদিভিঃ ।।১৫৬।।

---

পল্লীহস্ত—ময়ূরহস্তগী থ্‌দোক্নী অচুগী মথক্তা থূংয়ায়দা নঙ্গবদি মদুবু 'পল্লীহস্ত' কৌই। লৈবাক-খবায় তাকপদা শীজিন্নগনি ।।১৫২।।

অভিনয় থেন্নবা মতুংইন্না মখোয়শিং অনিগী ( হস্তকশিংগী ) তিন্নবা মওং অমু হায়রি। মওং মওংগী মতুংইন্না মখোয় অচুম্বা মশক তাকনি ।।১৫৩।।

### সংযুতহস্তাঃ

অঞ্জলি, কপোত, কর্কট, স্বস্তিক, ডোলা, পুষ্পপুট, উৎসঙ্গ শিবলিঙ্গ, কটকাবর্দ্ধন, কর্ত্তরীস্বস্তিক, শকট, শঙ্খ, চক্র, সম্পুট, পাশ কীলক, মৎস্য, কূর্ম্ম, বরাহ, গরুড়, নাগবন্ধ, খট্বা অমসুং ভেরুণ্ড—মখোয় অসি সংযুত হস্ত ওয়াক্কনি। ভরত-মচিংবা-থাখনগী নাট্য শাস্ত্রকারশিংনা মখোয় অসিবু মশীং কুনহুমথোকই হায়রম্মী ।।১৫৪-১৫৬।।

## অঞ্জলিহস্তঃ

পতাকতলয়োর্যোগাদঞ্জলিঃ কর ঈরিতঃ।

## বিনিয়োগঃ

দেবতা গুরু বিপ্রাণাং নমস্কারেষ্বনুক্রমাৎ।
কার্য্যঃ শিরোমুখোরস্থো বিনিয়োগেঽঞ্জলির্বুধৈঃ ॥১৫৭॥

## কপোতহস্তঃ

কপোতোঽসৌ করো যত্র শ্লিষ্টামূলাগ্রপার্শ্বকঃ।

## বিনিয়োগঃ

প্রণামে গুরুসম্ভাষে বিনয়াঙ্গীকৃতে (১) ত্বয়ম্ ॥১৫৮॥

---

**অঞ্জলীহস্ত**—মথক্তা হায়খ্রবা 'পতাকহস্ত'গী খুবাক অনিমকতু অমগা অমগা নপশিন্নরবদি মদুবু 'অঞ্জলীহস্ত' হায়না কৌই। অথঙ অহৈশিংনা মসিবু লাই খুরুম্বা মতমদা কোক্তা, গুরু খুরুম্বদনা মায়দা, ব্রাহ্মণ খুরুম্বদনা থবাক্তা শম্নহন্দুনা থমগনি ॥১৫৭।

**কপোত**—খুৎ অনিগী খুবাক মরু মতোন অমদি নাকল অনি শম্নরকদি মদুবু 'কপোত-হস্ত' হায়না কৌই। খুরুম্বদা, গুরুজনশিংবু কৌবা, খুকপদা অমদি নোম্লুক্তা য়াবা উৎপদা কপোতহস্ত অসি শীজিন্নগনি ॥১৫৮॥

---

গুরু মথক্ত ১০ নি মতৃদি—তম্বীবা ওজা, অপোকপা ইপা, ইয়াম্বা, নিংথৌ, ইমাগা পোকমিন্নবা মামা, ইকুবোক, ইমা অমসুং ইপাবু পোকপা ইপুথৌ, চহি হন্নবা মমপ, ইপাগা পোকমিন্নবা ইথুডা-ইত্তোনশিং। কূর্ম্মপুরাণ

লাইখুরুম্বগী মওঙ—ইশাগী ওয়দা বিষ্ণু, য়েৎওইননা মহাদেব অমসুং কালি, অহুগা মাওইননা ভগবু খুরুম্বগনি। তন্ত্রসার

(১) ষয়ম্—পাঠ

## কর্কটহস্তঃ

অন্যোঽন্যস্যান্তরে যত্রাঙ্গুল্যো নিঃসৃত্য হস্তয়োঃ ।
অন্তর্বহির্বা বর্ত্তন্তে কর্কটঃ সোঽভিধীয়তে ॥১৫৯॥

## বিনিয়োগঃ

সমূহাগমনে তুন্দদর্শনে শঙ্খপূরণে ।
(১) অঙ্গভঙ্গে চ শাখায়াং নমনেঽপি চ যুজ্যতে ॥১৬০॥

## স্বস্তিকহস্তঃ

পতাকয়োঃ সন্নিযুক্তঃ করয়োর্মণিবন্ধয়োঃ ।

## বিনিয়োগঃ

সংযোগেন স্বস্তিকাখ্যো মকরে বিনিযুজ্যতে ॥১৬১॥

## ডোলাহস্তঃ

পতাক উরুদেশস্থে ডোলাহস্তোঽয়মিষ্যতে ।

## বিনিয়োগঃ

নাট্যারম্ভে প্রয়োক্তব্য ইতি নাট্যবিদো বিদুঃ ॥১৬২॥

---

কর্কট—খুৎচা পুম্নমক অমনা অমগী কাওক্তা লোনশিন্দুনা মতুং অমসুং মপান্দা লৈরবদি মওঙ অদুবু 'কর্কট হস্ত' হায়না খঙনৈ ॥১৫৯॥

ময়াম পুন্না লাকপা, পুক উৎপা, মোইবুং খোংবা, অঙ্গভঙ্গ ওইবদা অমদি উপানচিংবা লায়খবদা 'কর্কটহস্ত' অসি শীজিন্নগনি ॥১৬০॥

স্বস্তিক—পতাকহস্ত অনিগী খুবেং অনিমক্তা তিন্নরবদি মদুবু 'স্বস্তিকহস্ত' হায়না কৌই । মসি ঙা-কিয়োং উৎপদা শীজিন্নৈ ॥১৬১॥

ডোলাহস্ত—পতাকহস্তনা কৈগন্দা থম্লবদি মদুবু 'ডোলাহস্ত' হায়না কৌই । মসি নাট্য হৌরকপদা শীজিন্নগদবনি হায়না নাট্য হৈবা মীশিংনা নিঙৈ ॥১৬২॥

---

(১) অঙ্গানাং মোটনে শাখোন্নমনে চ নিযুজ্যতে—অঃ দাঃ পাঃ

## পুষ্পপুটহস্তঃ

সংশ্লিষ্টঃ করয়োঃ সর্পশীর্ষঃ পুষ্পপুটঃ করঃ।

## বিনিয়োগঃ

নীরাজনবিধৌ বারিফলাদি গ্রহণেঽপি চ।
সন্ধ্যায়ামর্ঘ্যদানে চ মন্ত্রপুষ্পে চ যুজ্যতে ॥১৬৩॥

## উৎসঙ্গহস্তঃ

অন্যোন্য বাহুদেশস্থৌ মৃগশীর্ষকরৌ যদি।
উৎসঙ্গহস্তঃ স জ্ঞেয়ো ভরতাগম বেদিভিঃ ॥১৬৪॥

## বিনিয়োগঃ

আলিঙ্গনে চ লজ্জায়ামঙ্গদাদি প্রদর্শনে।
বালানাং শিক্ষণে চায়মুৎসঙ্গো যুজ্যতে করঃ ॥১৬৫॥

## শিবলিঙ্গহস্তঃ

বামেঽর্দ্ধচন্দ্রে বিন্যস্তঃ শিখরঃ শিবলিঙ্গকঃ।

---

**পুষ্পপুটহস্ত**—হায়না হায়প্রবা সর্পশীর্ষহস্ত অহুনা অনি তিময়বদি ( খুৎ অনিমক সর্পশীর্ষহস্ত ওইয়গা অনিমক শময়বদি ) মদুবু 'পুষ্পপুটহস্ত' হায়না কৌই। আরতি তৌবা, ঈশিং য়াবা অমদি উহৈ ওকপা, সন্ধ্যা তৌবা, অর্ঘ্যকৎপা, মন্ত্রপাঠ তৌবা অমসুং লৈ কৎপদা 'পুষ্পপুটহস্ত' অসি শীজিন্নগনি ॥১৬৩॥

**উৎসঙ্গহস্ত**—ভরতকী নাট্যশাস্ত্রহৈবশিংনা খঙনৈ মহুদি, মথক্তা হায়প্রবা মৃগশীর্ষহস্ত অহু ( খুৎ অনিনা শাহুনা ) অমনা অমগী পাখোম মক্কদা থময়বদি মদুবু 'উৎসঙ্গহস্ত' হায়না কৌই ॥১৬৪॥

আলিঙ্গন তৌবা, ইকাইবা ফোংদোকপা, তাল ( পাখোমগী ) নচিংবা উৎপা অমদি অঙাংদা তাকপ তিকাপ তৌবদা 'উৎসঙ্গহস্ত' শীজিন্নগনি ॥১৬৫॥

**শিবলিঙ্গহস্ত**—ওয়গী খুৎনা অর্দ্ধচন্দ্র শায়গা মহুগী মথক্তা 'শিখরহস্ত' থময়বদি

---

আরতি মথল মঙানি মহুদি, থাউমৈ (বত্তি) পরেং, মথংদা ইশিং য়াওবা শঙ্খ, অহুম তুবদা চিন্দেফি, মরিতুবনা হৈনৌ মনা নত্রগা সনা খোংনাং মনা, মত্তা তুবনা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুম্বা।

আরত্তিগী নিয়ম—লাইগী খোঙদা ৪ য়ক, খোয়দৌ মপাদা ২ য়ক, মায়খোং মপাদা অহুমলক ( মত অমদা অমুক ), হকচাং পুম্বদা ৭ লক তৌগনি। ঐখোয়গী মত-ভদি ১৪ য়ক লৌই। থাউমৈগী আরতি অসি কর্পূরনসু তৌনৈ। ধূপকী মৈখুনসু তৌনৈ॥

## বিনিয়োগঃ

বিনিয়োগস্তু তস্যৈব শিবলিঙ্গ প্রদর্শনে (১) ।।১৬৬।।

## কটকাবর্দ্ধনহস্তঃ

কথকামুখয়োঃ পাণ্যোঃ স্বস্তিকো মণিবন্ধয়োঃ।

কটকাবর্দ্ধনাখ্যঃ স্যাদিতি নাট্যবিদো বিদুঃ।

## বিনিয়োগঃ

পট্টাভিষেকে পূজায়াং বিবাহাদিষু যুজ্যতে ।।১৬৭।।

## কর্ত্তরীস্বস্তিকহস্তঃ

কর্ত্তরী স্বস্তিকাকারা কর্ত্তরীস্বস্তিকো ভবেৎ।

## বিনিয়োগঃ

শাখাসু চাদ্রিশিখরে বৃক্ষেষু চ নিযুজ্যতে ।।১৬৮।।

## শকটহস্তঃ

ভ্রমরে মধ্যমাঙ্গুষ্ঠ প্রসারাচ্ছকটে ভবেৎ।

## বিনিয়োগঃ

রাক্ষসাভিনয়ে প্রায়ঃ শকটো বিনিযুজ্যতে ।।১৬৯।

---

মদুবু 'শিবলিঙ্গহস্ত' হায়না কৌই। মসি শিবলিঙ্গ উৎপদা শীজিন্নৈ ॥১৬৬॥

কটকাবর্দ্ধনহস্ত—কটকামুখহস্ত অনিগী থুক্কেং অনিনা স্বস্তিককী মওঙদা, লৈরবদি মদুবু 'কটকাবর্দ্ধনহস্ত' কৌই হায়না নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা লৌনৈ। নিংথৌগী অভিষেক মতমদা, পূজা তৌবদা অমদি লুহোঙ থোওদোংবদা 'কটকাবর্দ্ধনহস্ত' অসি শীজিন্নৈ ॥১৬৭॥

কর্ত্তরীস্বস্তিকহস্ত—কর্ত্তরীহস্ত অনিনা স্বস্তিকী মওঙদা (চিথেক মরি নাইনা) লৈরবদি মদুবু 'কর্ত্তরীস্বস্তিকহস্ত' হায়না কৌই ।। উপাম্বী, উপা অমসুং চিংদোন উৎপদা মসি শীজিন্নৈ ।।১৬৮।।

শকটহস্ত—ভ্রমরহস্ত অনিগী থুংপী থুংবায় অনিমক তিংথোক্লবদি মওঙ অদুবু 'শকটহস্ত হায়না কৌই। মহোশানা মসিদি হিংচাবগী অভিনয় মতমদা শীজিন্নৈ ।।১৬৯।।

---

(১) শিবলিঙ্গস্য দর্শনে—

### শঙ্খহস্তঃ

শিখরান্তর্গতাঙ্গুষ্ঠ ইতরাঙ্গুষ্ঠনশ্চ্যুতঃ।
* তর্জন্যৌ তু তথ্যাশ্লিষ্টঃ শঙ্খহস্তঃ প্রকীর্ত্তিতঃ।

### বিনিয়োগঃ

শঙ্খাদিষু প্রযোজ্যোঽয়মিত্যাহুর্ভরতাদয়ঃ ॥১৭০॥

### চক্রহস্তঃ

যত্রার্দ্ধচন্দ্রৌ তির্য্যঞ্চাবন্যোন্যতলসংস্পৃশৌ।

### বিনিয়োগঃ

চক্রহস্তঃ স বিজ্ঞেয়শ্চক্রার্থে বিনিযুজ্যতে ॥১৭১॥

### সম্পুটহস্তঃ

কুঞ্চিতাঙ্গুলয়শ্চক্রে প্রোক্তঃ সম্পুট হস্তকঃ।

### বিনিয়োগঃ

বস্ত্বাচ্ছাদে সম্পুটে চ সম্পুটঃ কর ঈরিতঃ ॥১৭২॥

---

**শঙ্খহস্ত**—শিখরহস্তগী খূৎপীন। অতোপ্পা খূৎকী খূৎপীগা শয়রবদি অহূগা খূদোপ্বা অনিশু অহুগুম্বা অমগা অমগা শয়রবদি মহুবু 'শঙ্খহস্ত' হায়না কৌই। (য়েৎনা শিখর হস্তগী মওংদা লৈরগা কোনশিল্লিবা খূৎচাশিংগী মনুংদা য়েৎকী খূৎপী মরুয়োনা ওয়গী খূৎপী থিংজিনগনি অহুগা ওয়গী খূৎচা অতৈনা কোনশিল্লিবা য়েৎকী খূৎচাশিংগী মথক্তা তিংনা নলহল্লগা মতোম্বা য়েৎকী খূপী মতোনগা শয়হন-গনি)। নাট্যশাস্ত্র লেংবা ভরতনচিংবনা মসিবু মোইবূংনচিংবা উৎপদা শীজিন্নগনি হায় ॥১৭০॥

**চক্রহস্ত**—অর্দ্ধচন্দ্র হস্ত অনিনা খূবাক্তা খূবাক্তা ওনশিন্নত্তনা কায়ন লোম্নবু 'চক্রহস্ত' কৌই। মসি চক্র উৎপদা শীজিন্নগনি ॥১৭১॥

**সম্পুটহস্ত**—চক্রহস্তগী (তিংখোক্লিবা) খূৎচা পূম্নমক কোনশিল্লবদি মদুবু 'সম্পুটহস্ত' হায়না কৌই। করিগুম্বা পোৎ অমনা কুপশিন খুমজিনবা অমদি দোনাওবা পোৎ তাকপা মতমদা 'সম্পুট হস্ত' অসি শীজিন্নগনি ॥১৭২॥

---

* তর্জন্যাযুত—অঃ শাঃ শাঃ

### পাশহস্তঃ

সূচ্যাং নিকুঞ্চিতে শ্লিষ্টে তর্জন্যৌ পাশ ঈরিতঃ ।

### বিনিয়োগঃ

অন্যোন্যকলহে পাশে শৃঙ্খলায়াং নিযুজ্যতে ॥১৭৩॥

### কীলকহস্তঃ

কনিষ্ঠে কুঞ্চিতে শ্লিষ্টে মৃগশীর্ষস্য কীলকঃ ।

### বিনিয়োগঃ

স্নেহে নর্মানুলাপে চ কীলকো বিনিযুজ্যতে ॥১৭৪॥

### মৎস্যহস্তঃ

করপৃষ্ঠোপরি ন্যস্তো যত্র হস্তস্ত্বধোমুখঃ ।

কিঞ্চিৎ প্রসারিতাঙ্গুষ্ঠকনিষ্ঠো মৎস্যনামকঃ ।

### বিনিয়োগঃ

এতস্য বিনিয়োগস্তু সম্মতো মৎস্যদর্শনে ॥১৭৫॥

### কূর্ম্মহস্তঃ

কুঞ্চিতাগ্রাঙ্গুলিশ্চক্রে ত্যক্তাঙ্গুষ্ঠকনিষ্ঠকে (১) ।

---

**পাশহস্ত**—খুৎ অনিমক্না সূচীহস্তদা লৈরগা খু দাম্বী অনি অহু কোনশিন্দুনা লোশিন্নরবদি মদুবু 'পাশহস্ত' হায়না কৌই । মসি অমগা অমগা থংনবা, থৌরী অমদি যোহিলংনচিংবা তাকপদা শীজিন্নৈ ॥১৭৩॥

**কীলকহস্ত**—মৃগশীর্ষহস্ত অনিগী খুৎনাউবী অনিনা কোনশিন্দুনা অমগা অমগ কোৎশিন্নরবদি মদুবু 'কীলকহস্ত' হায়না কৌই । ( ওয়গী মৃগশীর্ষহস্তগী মথক্তা য়েংকী মৃগশীর্ষনা নন্নগা খুৎনাউবী অনি কোৎশিন্নগদবনি ) । নুংশিবা, নুনা চান্না ভৌবা অমদি নোক্নবা ( করেন্নবা ) মতমদা মসি শীজিন্নগনি ॥১৭৪॥

**মৎস্যহস্ত**—(অউপ্পা) খুৎ অমগী মথক্তা খুৎ অমনা উপ্না নন্নগা খুৎপী খুৎনাউবী অনিমক্না খজীক খজীক কাক্তোক্না লৈববু 'মৎস্যহস্ত' হায়না কৌই । ঙা উৎপা মতাংদা মসি শীজিন্নগনি ॥১৭৫॥

**কূর্ম্মহস্ত**—চক্রহস্তগী খুৎপী অনিগা খুৎনাউবী অনিগা অতৈ খুৎচা পূম্নমক

---

(১) কনিষ্ঠকঃ—অঃ মাঃ শাঃ

# হস্তকানি

## অসংযুত



পতাক



ত্রিপতাক



অর্দ্ধপতাক



কর্ত্তরীমুখ



ময়ূর



অর্দ্ধচন্দ্র



অরাল



শুকতুণ্ড



মুষ্টি



শিখর



কপিত্থ



কটকামুখ



সূচী



চন্দ্রকালা



পদ্মকোশ



সর্পশীর্ষ



মৃগশীর্ষ



সিংহমুখ ( নাকল )



কাঙ্গুল ( নাকল )



অলপদ্ম



চতুর ( সমাপ্ত )

## অভিনয় দর্পণ



ভ্রমর



হংসাস্য ( নাকল )



হংসপক্ষ



সন্দংশ



মুকুল



তাম্রচূড়



ত্রিশূল



ব্যাঘ্র



অর্দ্ধসূচী



কটক



পল্লা

## সংযুত



অঞ্জলি



কপোত



কর্কট



স্বস্তিক



পুষ্পপুট



শিবলিঙ্গ



কটকাবর্দ্ধন 



কর্ত্তরী স্বস্তিক



শকট



শঙ্খ



চক্র



সম্পুট



পাশ



কীলক

অভিনয় দর্পণ



মৎস্য



কূর্ম



বরাহ



গরুড়



নাগবন্ধ



খট্বা



ভেরুণ্ড

## বিনিয়োগঃ

কূর্ম্মহস্তঃ স বিজ্ঞেয়ঃ কূর্ম্মার্থে বিনিযুজ্যতে ॥১৭৬॥

## বরাহহস্তঃ

মৃগশীর্ষে স্বহস্তরে স্বোপর্য্যেকঃ স্থিতো যদি।
কনিষ্ঠাঙ্গুষ্ঠয়োর্যোগাদ্বরাহকর ঈরিতঃ।

## বিনিয়োগঃ

এতস্য বিনিয়োগঃ স্যাদ্বরাহার্থ প্রদর্শনে ॥১৭৭॥

## গরুড়হস্তঃ

তির্য্যক্‌কৃতলস্থিতাবর্দ্ধচন্দ্রাবঙ্গুষ্ঠযোগতঃ।

## বিনিয়োগঃ

গরুড়হস্ত ইত্যাহুর্গরুড়ার্থে নিযুজ্যতে ॥১৭৮॥

## নাগবন্ধহস্তঃ

সর্পশীর্ষঃ স্বস্তিকশ্চ নাগবন্ধ ইতীরিতঃ।

## বিনিয়োগঃ

এতস্য বিনিয়োগস্তু নাগবন্ধে হি সম্মতঃ ।১৭৯॥

---

কোনশিল্লবদি 'কূর্ম্মহস্ত' কৌই হায়না খঙনগনি। থেংগু উৎপা মতমদা কূর্ম্মহস্ত অসি শাগনি ॥১৭৬॥

বরাহহস্ত—মৃগশীর্ষহস্ত অমগী মথক্তা মৃগশীর্ষহস্ত অমনা ননশিল্লগা খুৎপী অমগা খুৎনাইবী অমগা শম্নহল্লবদি মদুবু 'বরাহহস্ত' হায়না কৌই। ওক উৎপদা মসি শীজিন্নগনি ॥১৭৭॥

গরুড়হস্ত—অর্দ্ধচন্দ্রহস্ত অনিগী খুৎপী অনি লৌশিন্নয়গা থুবাক্লা কায়ন্না লোম্নরবদি ( ওয়্নৈতেনবা মায়কৈদা থূদোল হাইদোক্লহনা শম্নরবদি ) মদুবু 'গরুড়হস্ত' হায়না কৌই। গরুড় তাকপা মতমদা থুঃ অসি শীজিন্নগনি ॥১৭৮॥

নাগবন্ধহস্ত—খুৎ অনিমক্না সর্পশীর্ষ ওইরগা স্বস্তিক-কী মওঙদা লৈরবদি মদুবু 'নাগবন্ধহস্ত' হায়না কৌই। শামু থুরোলোবা, পুনবা খঙহনবদা মসি শীজিন্নগনি ॥১৭৯॥

## খট্বাহস্তঃ

চতুরে চতুরং ন্যস্য তর্জন্যঙ্গুষ্ঠ মোক্ষতঃ ।

## বিনিয়োগঃ

খট্বাহস্তো ভবেদেষ খট্বাশিবিকয়োঃ স্মৃতঃ ।।১৮০।।

## ভেরুণ্ডহস্তঃ

মণিবন্ধে কপিত্থাভ্যাং ভেরুণ্ডকর ইষ্যতে ।

## বিনিয়োগঃ

ভেরুণ্ডপক্ষিদম্পত্যোর্ভেরুণ্ডো যুজ্যতে করঃ ।।১৮১।।

## দেবহস্তাঃ

অথাত্র ব্রহ্মরুদ্রাদিদেবতাভিনয়ক্রমাৎ ।

মূর্ত্তিভেদেন যে হস্তাস্তেষাং লক্ষণমুচ্যতে ।।১৮২।।

## ব্রহ্মহস্তঃ

ব্রহ্মণশ্চতুরো বামে হংসাস্যো দক্ষিণে করঃ ।

## ঈশ্বরহস্তঃ

শম্ভোর্বামে মৃগশীর্ষস্ত্রিপতাকস্তু দক্ষিণে ।

---

খট্বাহস্ত চতুরহস্ত অমগা চতুরহস্ত অমগা শম্নরগা খুৎপী খুদোম্বী অনিমক জিংথোক্রবদি (থাদোক্রবদি) মদুবু 'খট্বাহস্ত' কৌই। মসি কাংথোন অমদি দোলাই তাকপদা শীজিন্নগনি ।।১৮০।।

ভেরুণ্ডহস্ত—কপিত্থহস্ত অনিনা খুজেং খুজেং শম্নরবদি (ওনশিন্নহুনা) মদুবু 'ভেরুণ্ডহস্ত' হায়না কৌই। * ভেরুণ্ড কৌবা উচেক (খ্রঙ) অমদি উচেক মতৈ-মনাও তাকপদা 'ভেরুণ্ডহস্ত' অসি শীজিন্নগদবনি ।।১৮১।।

দেবহস্ত—মথংদা হৌজিক ব্রহ্মা মহাদেবনচিংবা লাইশিংগী অভিনয় তৌবা মতমদা মূর্ত্তি মায়দবনা থেন্নরকপা মথোয়গী হস্ত (খুৎথম, খুৎলোন) শিংগী মরমদা হায়রকনি ।।১৮২।।

ব্রহ্মহস্ত—ওয়গী খুৎনা চতুর অহুগা য়েৎনা হংসাস্য ওইগনি। মসিনা ব্রহ্মাগী খুৎথমনি।

ঈশ্বরহস্ত—মহাদেবগীনা ওয়গী খুৎনা সর্পশীর্ষ অহুগা য়েৎনা ত্রিপতাক হস্ত ওইগনি।

---

* উত্তরকুরু দেশতা লৈবা লাওজা জাৎ অমা। —শব্দকল্পদ্রুমঃ।

## বিষ্ণুহস্তঃ

হস্তাভ্যাং ত্রিপতাকস্তু বিষ্ণুহস্তঃ স কীর্ত্তিতঃ ।।১৮৩।।

## সরস্বতীহস্তঃ

(১) সূচীকৃতো দক্ষিণে চ বামে হংসসমাকৃতিঃ
কপিত্থকোঽপি ভারত্যাঃ করঃ স্যাদিতি সম্মতঃ ।।১৮৪।।

## পার্ব্বতীহস্তঃ

ঊর্দ্ধাধঃ প্রসৃতাবর্দ্ধচন্দ্রাখ্যৌ বামদক্ষিণৌ।
অভয়ো বরদশ্চৈব পার্ব্বত্যাঃ কর ঈরিতঃ ।।১৮৫।।

## লক্ষ্মীহস্তঃ

অংসোপকণ্ঠে হস্তাভ্যাং কপিত্থস্তু শ্রিয়ঃ করঃ।

## বিনায়কহস্তঃ

উরোগতাভ্যাং হস্তাভ্যাং কপিত্থো বিঘ্নরাট্করঃ ।।১৮৬।।

---

বিষ্ণুহস্ত—বিষ্ণুগীদি খুৎ অনিমক ত্রিপতাক ওাক্তনি ।।১৮৩।।

সরস্বতীহস্ত—সরস্বতী দেবীগী খুৎতি য়েৎথংবনা সূচী অচুপা ওয়গী খুৎনা কাংঙগী মওঙ হায়বদি কপিত্থহস্ত ওইগনি—অসুমা নাট্য হৈবশিংনা লেপনৈ ।।১৮৪।।

পার্ব্বতীহস্ত—পার্ব্বতী (দুর্গা) গী খুৎতি ওয়-য়েৎ অনিমক মথক অমসুং মখাদা থমগনি খুৎকি, মওঙনা অর্দ্ধ-চন্দ্র নত্রগা অভয় অমসুং বরদহস্ত ওইগনি ।।১৮৫।।

(ওয়গী খুৎনা, অর্দ্ধচন্দ্রনা অভয় মুদ্রা মওঙদা খুদোমা মথক ওনথৎনা লৈগনি অচুপা য়েৎকী খুৎনা অর্দ্ধচন্দ্রনা বরদ-মুদ্রাগী মওঙদা মাঙদা খুবাক ওয়োক্তুনা খুদোমা মখা ওয়না লৈগনি)।

লক্ষ্মীহস্ত—লক্ষ্মী দেবীগী খুৎতি খুৎ অনিমক কপিত্থহস্তগী মওঙদা ওয় য়েৎকী লেংজুম মপাদা থমগনি।

বিনায়কহস্ত (গণেশ)—গণেশকী খুৎতি, অনিমক থবাকা শয়না কপিত্থ ওইগনি ।।১৮৬।।

---

(১) সূচীকৃতে দক্ষিণে চ বামে চাংসসমাকৃতৌ—অঃ নাঃ শাঃ
য়েৎকী খুৎনা সূচী ওয়গী লেংবাম খুৎনা মপাদা থাংগত্ত না কপিত্থ......

ষন্মুখহস্তঃ

বামে করে ত্রিশূলঞ্চ শিখরো দক্ষিণে করে।
ঊর্দ্ধং গতে ষন্মুখস্য হস্তঃ স্যাদিতি কীর্ত্তিতঃ ॥১৮৭॥

মন্মথহস্তঃ

বামে করে তু শিখরো দক্ষিণে কটকামুখঃ।
মন্মথস্য করঃ প্রোক্তো নাট্যশাস্ত্রার্থকোবিদৈঃ ॥১৮৮॥

## অথ দিক্‌পালহস্তাঃ

ইন্দ্রহস্তঃ

ত্রিপতাকঃ স্বস্তিকশ্চ শক্রহস্ত প্রকীর্ত্তিতঃ।

অগ্নিহস্তঃ

ত্রিপতাকো দক্ষিণে তু বামে কাঙ্গুলহস্তকঃ।
অগ্নিহস্তঃ স বিজ্ঞেয়ো নাট্য শাস্ত্রবিশারদৈঃ ॥১৮৯॥

যমহস্তঃ

বামে পাশো (১) দক্ষিণে তু সূচী যমকরঃ স্মৃতঃ।

---

ষন্মুখহস্ত (কার্ত্তিক)—ওয়গী খুৎনা ত্রিশূল অদুগা য়েৎকী খুৎনা শিখর ওইগনি। খুৎ অনিমক মথক্তা থাংগৎকনি। মসিনা কার্ত্তিককী খুৎথমনি ॥১৮৭॥

মন্মথহস্ত—কামদেব—কামদেবগী হস্তদি ওয়গী খুৎনা শিখর অদুগা য়েৎনা কটকামুখ ওইগনি অস্মুমা নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা হায় ॥১৮৮॥

দিকপালহস্ত—(মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংগী হস্ত)

ইন্দ্রহস্ত (নোংপোক ঙাকপা মপু)—ইন্দ্রগী হস্তদি খুৎ অমনা ত্রিপতাক, অমনা স্বস্তিক ওইগনি।

অগ্নিহস্ত (নৈরৎগী মপু)—নাট্য-শাস্ত্র হৈবশিংনা হাওৈ, মহুদি অগ্নিদেবগী হস্তদি য়েৎকী খুৎনা ত্রিপতাক অদুগা ওয়গী খুৎনা কাঙ্গুলহস্ত ওইগনি ॥১৮৯॥

যমহস্ত (খা মায়কৈগী মপু) - ওয়গী খুৎনা পাশ, য়েৎনা সূচীহস্ত ওইগনি।

---

(১) পাশং—পাঠ

### নিঋ´তিহস্তঃ

খট্বা চ শকটশ্চৈব কীর্ত্তিতো নিঋ´তেঃ করঃ ।

### বরুণহস্তঃ

পতাকো দক্ষিণে বামে শিখরো বারুণঃ করঃ ॥১৯০॥

### বায়ুহস্তঃ

অরালো দক্ষিণে হস্তে বামে চার্দ্ধ পতাকিকা ।
ধৃতা চেদ্বায়ুদেবস্থ কর ইত্যভিধীয়তে ।

### কুবেরহস্তঃ

বামে পদ্মং দক্ষিণে তু গদা যক্ষপতে করঃ ॥১৯১॥

## অথ দশাবতারহস্তাঃ

### মৎস্যাবতারহস্তঃ

মৎস্যহস্তং দর্শয়িত্বা ততঃ স্কন্ধসমৌ করৌ ।
ধৃতৌ মৎস্যাবতারস্য হস্ত ইত্যভিধীয়তে ॥১৯২॥

---

নিঋ´তিহস্ত—( নৈঋ´ত—মোইরাং-লায়জি চিথেকী মপু-রাহ হিংচাবা )—খুং নামনা খট্বা, নামনা শাকট ওইগনি ।

বরুণহস্ত—( নোংচুপ ভাকপা লাই )—য়েৎকী খুৎনা পতাক অহুগা ওয়েগীনা শিখর ওইগনি ॥১৯০॥

বায়ুহস্ত— য়েৎকী খুৎনা অরালহস্ত অংগা ওয়েগীনা অর্দ্ধপতাক ওইরবদি মদুবু বায়ুদেবগী হস্তনি হায়না খঙনৈ ।

কুবেরহস্ত—য়েৎকী খুৎনা 'গদা' অহুগা ওয়েগীনা 'যথাস' মওঙ ওইগনি ॥১৯১॥

দশঅবতারহস্ত

মৎস্যাবতারহস্ত—খুৎ অনিনা মৎস্যহস্ত শাহনা উৎলগা লেংজুম মপাদা থম্মবদি মদুবু মৎস্যাবতারহস্তনি হায়না খঙনৈ ॥১৯২॥

## কূর্ম্মাবতারহস্তঃ

কূর্ম্মহস্তং দর্শয়িত্বা ততঃ স্কন্ধসমৌ করৌ ।
ধৃতৌ কূর্ম্মাবতারস্য হস্ত ইত্যভিধীয়তে ॥১৯৩॥

## বরাহাবতারহস্তঃ

দর্শয়িত্বা বরাহস্তু কটিপার্শ্বসমৌ করৌ ।
(১) ধৃতৌ বরাহাবতারস্য দেবস্য কর ইষ্যতে ॥১৯৪॥

## নৃসিংহাবতারহস্তঃ

বামে সিংহমুখং ধৃত্বা দক্ষিণে ত্রিপতাকিকাম্ ।
নরসিংহাবতারস্য হস্ত ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥১৯৫॥

## বামনাবতারহস্তঃ

ঊর্দ্ধাধোধৃতমুষ্টিভ্যাং সব্যান্যাভ্যাং যদি স্থিতঃ ॥
স বামনাবতারস্য হস্ত ইত্যভিধীয়তে ॥১৯৬ ॥

## পরশুরামাবতারহস্তঃ

বামং কটিতটে ন্যস্য দক্ষিণেঽর্দ্ধপতাকিকা ।
ধৃতা পরশুরামস্য হস্ত ইত্যভিধীয়তে ॥১৯৭॥

---

কূর্ম্মাবতারহস্ত—কূর্ম্মহস্ত শাহনা উৎলগা লেংজুম মপাদা থম্মবদি মদুবু কূর্ম্মাবতারহস্ত কৌই ॥১৯৩॥

বরাহাবতারহস্ত—বরাহহস্ত শাহনা উৎলগা খুৎ অনিমকপু খ্বাঙগী মাকল অনিগী মপা কাওবা থাংগৎলবদি বরাহ অবতারহস্ত কৌই ॥১৯৪॥

নৃসিংহাবতারহস্ত—ওয়গী খুৎনা সিংহমুখ অতুগা য়েৎকী খুৎনা ত্রিপতাক শাম্নবদি মদুবু পণ্ডিতশিংনা নৃসিংহাবতারহস্ত কৌই ॥১৯৫॥

বামনাবতারহস্ত—খুৎ অনিমক মুষ্টিবদ্ধহস্ত শারগা ওয়না মথক্তা অতুগা য়েৎনা মখাদা থম্নবদি মদুবু বামনাবতারহস্ত হায়না কৌই ॥১৯৬॥

পরশুরামাবতারহস্ত—ওয়গী খুৎপু খ্বাঙদা থম্মগা য়েৎকী খুৎনা অর্দ্ধপতাক শারবদি পরশুরামহস্ত কৌই ॥১৯৭॥

---

(১) ধৃতাবাদিবরাহস্ত—আদিবরাহগী……অঃ নাঃ শাঃ

### রামচন্দ্রাবতারহস্তঃ

কপিত্থো দক্ষিণে হস্তে বামে তু শিখরঃ করঃ।
ঊর্দ্ধং ধৃতৌ (১) রামচন্দ্রহস্ত ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥১৯৮॥

### বলরামাবতারহস্তঃ

পতাকো দক্ষিণে হস্তে মুষ্টির্বামকরে তথা।
বলরামাবতারস্ত হস্ত ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥১৯৯॥

### কৃষ্ণাবতারহস্তঃ

মৃগশীর্ষে তু হস্তাভ্যামন্যোন্যাভিমুখে কৃতে।
আস্যোপকণ্ঠে কৃষ্ণস্য হস্ত ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥২০০॥

### কল্ক্যবতারহস্তঃ

পতাকো দক্ষিণে বামে ত্রিপতাকঃ করো ধৃতঃ।
কল্ক্যাখ্যস্যাবতারস্য হস্ত ইত্যভিধীয়তে ॥২০১॥

---

**রামচন্দ্রাবতারহস্ত**—য়েৎকী খুৎনা কপিত্থহস্ত অহুগা ওয়গী খুৎনা শিখরহস্ত শায়গা অনিমক থাংগৎলবদি পণ্ডিতশিংনা মদুবু রামচন্দ্রহস্ত হায়না কৌই ॥১৯৮॥

**বলরামাবতারহস্ত**- য়েৎকী খুৎনা পতাকহস্ত অহুগা ওয়গীনা মুষ্টি শাহুনা উৎলবদি মদুবু পণ্ডিতশিংনা বলরামহস্ত কৌনৈ ॥১৯৯॥

**কৃষ্ণাবতারহস্ত**—খুৎ অনিমক্না মৃগশীর্ষহস্ত ওইরগা চীন মনাক্তা অমগা অমগা মায়োক্নহল্লবদি পণ্ডিতশিংনা মদুবু কৃষ্ণাবতারহস্ত হায়না কৌনৈ ॥২০০॥

**কল্কীঅবতারহস্ত**—য়েৎকী খুৎপু পতাকহস্ত অহুগা ওয়গীনা ত্রিপতাক শায়বদি মদুবু কল্কী অবতারহস্ত কৌই ॥২০১॥

---

অবতার তরাগী লাই তরানা পোকখিবা তিথি শঙনবা হায়রি মথুদি--

১। মৎস্য—চৈত্র ( লমদা ) শুক্লা তৃতীয়া ন্নমিৎযুংবা মতুং।
২। কূর্ম—বৈশাখ ( শজীবু ) পূর্ণিমা ন্নমিদাং রাইরম।
৩। বরাহ—ভাদ্র ( থবান ) শুক্লা তৃতীয়া ন্নমিৎযুংবা মতুং।
৪। নরসিংহ—বৈশাখ ( শজীবু ) শুক্লা চতুর্দ্দশী য়াচঙবা মতম।
৫। বামন—ভাদ্র ( থবান ) শুক্লা দ্বাদশী ন্নমিৎযুংবা মতম।
৬। পরশুরাম—বৈশাখ ( শজীবু ) শুক্লা তৃতীয়া ন্নমিৎ যুংবা মতম।
৭। রামচন্দ্র—চৈত্র ( লমদা ) শুক্লা নবমী তিথি।

---

(১) ধৃতো—পাঠ

## অথ চতুর্জ্জাতীয়হস্তঃ

### রাক্ষসহস্তঃ

মুখে করাভ্যাং শকটৌ রাক্ষসানাং করঃ স্মৃতঃ ।

### ব্রাহ্মণহস্তঃ

করাভ্যাং শিখরং ধৃত্বা যজ্ঞসূত্রস্য সূচনে ।

দক্ষিণেন কৃতে তির্য্যগ্ ব্রাহ্মণানাং করঃ স্মৃতঃ ॥২০২॥

### ক্ষত্রিয়হস্তঃ

বামেন শিখরং তির্য্যগ্ ধৃত্বান্যেন পতাকিকা ।

ধৃতা যদি ক্ষত্রিয়ানাং হস্ত ইত্যভিধীয়তে ॥২০৩॥

### বৈশ্যহস্তঃ

(১) করে বামে তু হংসাস্যো দক্ষিণে কটকামুখঃ ।

বৈশ্যহস্তোঽয়মাখ্যাতো মুনিভির্ভরতাদিভিঃ ॥২০৪॥

---

### জাতীয়হস্ত

রাক্ষসহস্ত—খুৎ অনিমক্না শকটহস্তগী মওডদা চীনগা শায়রবদি মদুবু 'রাক্ষস-হস্ত' হায়না কৌই ।

ব্রাহ্মণহস্ত—খুৎ অনিমক্না শিখরহস্ত শায়গা য়েৎকী খুৎনা পৈথনা নত্তা থাংবা উৎলবদি মদুবু ব্রাহ্মণহস্ত কৌই ॥২০২॥

ক্ষত্রিয়হস্ত—শিখরহস্ত শাবা ওয়গী খুৎপু পৈত্তক লৈহল্লগা য়েৎকী খুৎনা পতাকহস্ত শায়বদি মদুবু 'ক্ষত্রিয়হস্ত' হায়না কৌই ॥২০৩॥

বৈশ্যহস্ত—ভরতন চংবা মুনিশিংনা হায়—ওয়গী খুৎনা হংসাস্য অমুদা য়েৎনা কটকামুখ শায়বদি মদুবু 'বৈশ্যহস্ত' হায়না কৌই ॥২০৪॥

---

৮। বলরাম—শ্রাবণ (ইঙেন) পূর্ণিমা ।

৯। শ্রীকৃষ্ণ—ভাদ্র (থবান) কৃষ্ণা অষ্টমী অহিং নোংয়ায় ।

১০। কল্কী—শ্রাবণ (ইঙেন) শুক্লা ষষ্ঠী য়াচঙবা মতম ।

১১। বুদ্ধ—বৈশাখ (শজীবু) পূর্ণিমা য়াচঙবা মতম ।

(শ্রীকৃষ্ণদি অবতার মনুং চন্দে, মহাপ্রভু স্বয়ং ভগবানদি অদুনা তোপা লৈফম থোকই)

---

(১) করো—পাঠ

### শূদ্রহস্তঃ

বামে তু শিখরং ধৃত্বা দক্ষিণে মৃগশীর্ষকঃ ।
শূদ্রহস্তঃ স আখ্যাতো (২) মুনিভির্ভরতাদিভিঃ ।২০৫॥
যদষ্টাদশজাতীনাং কর্ম্মতেন করাঃ স্মৃতাঃ ।
তত্তদ্দশজানামপি এবমুক্তং বুধোত্তমৈঃ ॥২০৬॥

## অথবান্ধবহস্তাঃ

### দম্পতীহস্তঃ

বামে তু শিখরং ধৃত্বা দক্ষিণে মৃগশীর্ষকঃ ।
ধৃতঃ স্ত্রীপুংসয়োর্হস্তঃ খ্যাতো ভরতকোবিদৈঃ ॥২০৭॥

### মাতৃহস্তঃ

বামে হস্তেঽর্দ্ধচন্দ্রশ্চ সন্দংশো দক্ষিণে করে ।
আবর্ত্তয়িত্বা জঠরে বামহস্তং ততঃ পরম্ ॥২০৮॥
স্ত্রিয়াঃ করো ধৃতো মাতৃহস্ত ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ ।

---

শূদ্রহস্ত—ওয়েগী খুৎনা শিখর ওইরগা য়েৎকী খুৎনা মৃগশীর্ষহস্ত ওইরবদি ভরতনচিংবা মুনিশিংনা মদুবু 'শূদ্রহস্ত' কৌই হায় ॥২০৫॥

মীগী মওঙ মায়বা মথল তয়ানিপানগীসু মাগী মাগী থবক খোঙ্গ মতুংইন্না মথোয় মথোয়গী খুৎথম মওঙ ওইগনি—তোঙান তোঙানবা লৈব'কী মীওইশিংগী খুৎথমসু অথঙ অহৈশিংনা মওঙ অসুম্না লেপকদবা ওই ॥২০৬॥

ছৌক বান্ধব ( মরূপ-মপাং ঙাই-শেনলনচিংবা ) হস্তগী মরম হায়রি—

দম্পতীহস্ত—ওয়েগী খুৎনা শিখর অমগা য়েৎনা মৃগশীর্ষ ওইরবদি ভরতনা লেংবা নাট্য-শাস্ত্র মুম্না খঙবশিংনা মদুবু 'দম্পতীহস্ত' (মতৈ মনাউ) কৌই হায় ॥২০৭॥

মাতৃহস্ত—ওয়েগী খুৎনা অর্দ্ধচন্দ্র অমগা য়েৎকীনা সন্দংশ শাবগা ওয়েগী খুৎ অদু নৈদুনা পূক য়োনবা পুরক্লনা থম্নবদি অখঙবশিংনা মদুবু নুপীমা তোঙবদি

---

(২) বিজ্ঞেয়ো—পাঠ

### বিনিয়োগঃ

অবস্থাক কুমার্য্যাক মাতৃহস্তো নিযুজ্যতে ।২০৯॥

### পিতৃহস্তঃ

এতস্মিন মাতৃহস্তে তু শিখরে দক্ষিণেন তু ।
ধৃতে সতি পিতৃহস্ত (১) ইত্যাখ্যাতো মনীষিভিঃ ।

### বিনিয়োগঃ

অয়ং হস্তস্ত (২) জনকে জামাতরি চ যুজ্যতে ॥২১০॥

### শ্বশ্রূহস্তঃ

বিন্যস্ত কণ্ঠে হংসাস্যং সন্দংশং দক্ষিণে করে ।
উদরে চ পরামৃশ্য বামহস্তং ততঃ পরম্ ।

### বিনিয়োগঃ

স্ত্রিয়াঃ করো ধৃতঃ শ্বশ্রূহস্তস্তস্যাং নিযুজ্যতে ॥২১১॥

---

'মাতৃহস্ত' কৌনৈ । মমা অমদি কুমারী (নুপীমচা) বু তাকপদা মসি শীজিন্নগনি ॥২০৮-২০৯॥

পিতৃহস্ত—মথক্তা হায়খিবা মাতৃহস্তগী মওঙ অসিদা য়েৎকী খুৎনা শিখর শায়বদি মদুবু অথংবশিংনা 'পিতৃহস্ত' কৌই হায় । অসিগুম্বা খুৎথম অসিদি মপা মমা অমদি মক্কাকনিপাগী অভিনয় তৌবদা শীজিন্নগনি ॥২১০॥

শ্বশ্রূহস্ত (মনেমোক)—ওয়গী খুৎনা হংসাস্যহস্ত ওইরগা য়েৎকী খুৎনা সন্দংশ শাহনা থোরী অমসুং পুক্তা শয়রবদি মদুবু 'শ্বশ্রূহস্ত' হায়না কৌই । মনেমোকী অভিনয়দা মসি শীজিন্নগনি ॥২১১॥

---

কুমারী—চহি ১২গী নুপী মচাবু থওনৈ ।

ইমা মথল তরেথনি মতুংদি—অপোকপী ইমা, গুরুগী নুপী, ব্রাহ্মণী, নিংথৌগী নুপী, মনবী, খোমইমবী, পৃথিবী ।

---

(১) পিতুহস্ত—পাঠ (২) হস্তস্ত—পাঠ

## শ্বশুরহস্তঃ

এতস্যান্তে তু হস্তস্য শিখরো দক্ষিণে যদি ।
ধৃতশ্চ শ্বশুরস্যায়ং হস্ত ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥২১২॥

## ভর্তৃ-ভ্রাতৃহস্তঃ

(১) বামেন শিখরং ধৃত্বা পার্শ্বয়োঃ কর্ত্তরীমুখঃ
ধৃতো দক্ষিণ হস্তেন ভর্তৃ-ভ্রাতৃকরঃ স্মৃতঃ ॥২১৩॥

## ননান্দৃহস্তঃ

অন্তেঽস্যৈতস্য হস্তস্য স্ত্রীহস্তো দক্ষিণে করে ।
ধৃতো ননান্দৃহস্তঃ স্যাদিতি নাট্যবিদাং মতম্ ॥২১৪॥

## জ্যেষ্ঠকনিষ্ঠভ্রাতৃহস্তঃ

ময়ূরহস্তঃ পুরতঃ পার্শ্বভাগে চ দর্শিতঃ ।
জ্যেষ্ঠভ্রাতুঃ কনিষ্ঠস্তাপ্যয়ং হস্ত ইতি স্মৃতঃ ॥২১৫॥

---

শ্বশুরহস্ত ( ইকুবোক )—মথক্তা হায়খ্রবা শশ্রূহস্তগী মওংদা য়েৎকী খুৎপু শিখর ওহোক্লবদি অমঙ অহৈশিংনা মদুবু 'শ্বশুরহস্ত' হায়না কৌনৈ ॥২১২॥

ভর্তৃ-ভ্রাতৃহস্ত—( মতৈ নত্রগা মনাউনিপা—নিপাগী মচিন্মনাউশিং )—ওয়গী খুৎনা শিখর ওইরগা য়েৎকী খুৎনা কর্তরীমুখহস্ত শাহনা খুৎ অনিমক নাকল অনিমক্তা থম্লবদি মদুবু 'ভর্তৃভ্রাতৃহস্ত' হায়না কৌই ॥২১৩॥

ননান্দৃহস্ত ( মনম্মা, মচল )—মথক্কী মতৈ নত্রগা মনাউনিপাগী খুৎথম অক্তদা য়েৎকী খুৎপু স্ত্রীহস্ত ( মৃগশীর্ষ ) ওইহল্লবদি মদুবু 'ননান্দৃহস্ত' কৌই—মসি নাট্য-হৈবশিংগী মতনি ॥২১৪॥

জ্যেষ্ঠকনিষ্ঠভ্রাতৃহস্ত—( ময়াম্বা, মনাউ )—'ময়ূরহস্ত' শাহনা হকচাংগী মাঙদা উৎলবদি মদুবু 'ময়াম্বা-খঙনবা' খুৎ অতুগা নাকওইনবা উৎলগা 'মনাউ'গী খুৎনি খঙনগনি ॥২১৫॥

---

(১) বামে তু—পাঠ

ইপা মখল ৫নি মহুদি—থাকপিরিবা মী, অকিবগী করবীরা মী, ইকুবোক ( মৃপীগী ইপা ), অপোকপা ইপা, শিক্ষা গুরু ।

### পুত্রহস্তঃ

সন্দংশমুদধে ন্যস্ত ভ্রাময়িত্বা ততঃ পরম্ ।
ধৃতো বামেন শিখরং (১) পুত্রহস্তঃ প্রকীর্তিতঃ ॥২১৬॥

### স্নুষাহস্তঃ

এতদন্তে দক্ষিণেন স্ত্রীহস্তশ্চ ধৃতো যদি ।
স্নুষাহস্ত ইতি খ্যাতো ভরতাগম-কোবিদৈঃ ॥২১৭॥

### সপত্নীহস্তঃ

দর্শয়িত্বা পাশহস্তং করাভ্যাং স্ত্রীকরাবুভৌ ।
ধৃতৌ সপত্নীহস্তঃ স্যাদিতি ভাববিদো বিদুঃ ॥২১৮॥

### অথ নৃত্যহস্তানাং গতয়ঃ

ভবন্তি নৃত্যহস্তানাং গতয়ঃ পঞ্চধা ভুবি ।
ঊর্দ্ধাধরোত্তরা প্রাচী দক্ষিণা চেতি বিশ্রুতা ।
যথা স্যাৎ পাদবিন্যাসস্তথৈব করয়োরপি ॥২১৯॥

---

পুত্রহস্ত ( মচানিপা )—ওয়েগী খুৎপু সন্দংশ ওইহন্দুনা পুক্কা শম্নরগা য়েৎকী খুৎনা শিখর হস্ত শাদুনা কোয়না লৈয়বদি মদুবু 'পুত্রহস্ত' হায়না কৌই ॥২১৬॥

স্নুষাহস্ত ( মমৌনুপী )—মথক্তা হায়রিবা 'পুত্রহস্ত'গী মওংদা য়েৎকী খুৎ অদুবু মৃগশীর্ষ ওইহল্লবদি ভরতকী নাট্যশাস্ত্র খঙবশিংনা মদুবু 'মমৌনুপী' খঙনবা খুৎনি হায় ॥২১৭॥

সপত্নীহস্ত ( লোম্নবী )—খুৎ অনিমক্কা পাশহস্ত শাদুনা উৎলগা ওয় য়েৎকী খুৎ অনিমক্কা স্ত্রীহস্ত হায়বদি মৃগশীর্ষহস্ত শায়বদি মদুবু নাট্যশাস্ত্রগী ভাব মুক্না খঙবশিংনা 'সপত্নীহস্ত' কৌই হায়নৈ ॥২১৮॥

হৌজিক নৃত্যহস্তগী গতি ( খুৎচৎ নত্রগা লৈকম ) হায়রি—

পৃথিবী অসিদা নৃত্যহস্তগী গতি ( লৈকম ) মখল মঙা তৌই । মসিদি—মথক, মখা, ওয়, য়েৎ অমসুং মাঙ । অগোই শাবা মতমদা ওইবা খোঙ অনিগী খোঙচৎ অকুপী মখুং ইন্না খুৎ অনিগী মওংসু ওইগনি ॥২১৯॥

---

(১) শিখরে—পাঠ

বামাঙ্গভাগে বামস্য দক্ষিণে দক্ষিণস্য চ।
কুর্য্যাৎ প্রচলনং হ্যেতন্নৃত্য (১) সিদ্ধান্ত লক্ষণম্ ॥২২০॥
যতো হস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।
যতো মনস্ততো ভাবো যতো ভাবস্ততো রসঃ ॥২২১॥

## (২) অথ নৃত্যহস্তাঃ

পতাকা স্বস্তিকাখ্যশ্চ ডোলাহস্তস্তথাঞ্জলিঃ।
কটকাবর্দ্ধনশ্চৈব শকটঃ পাশকীলকৌ ॥২২২॥
কপিত্থঃ শিখরঃ কূর্ম্মো হংসাস্যশ্চালপদ্মকঃ
ত্রয়োদশৈতে হস্তাঃ স্যুর্নৃত্যস্যাপ্যুপযোগিনঃ ॥২২৩॥

## অথ নবগ্রহহস্তাঃ

### সূর্য্যহস্তঃ

অংসোপকণ্ঠে হস্তাভ্যামলপদ্মকপিত্থকৌ (৩)
(৪) ধৃতৌ যদি করো হ্যেষ দিবাকর-করঃ স্মৃতঃ ॥২২৪॥

---

নৃত্যশাস্ত্রনা অসুম্না লেপ্পি মহ্নদি, ওয়গী খোঙগা ওয়গী খুৎকা অদুগা য়েৎকী খোঙগা য়েৎকী খুৎকা অনিমক মথংশিৎনা ওয় অমসুং য়েৎতা ( ওয়না ওয়দা য়েৎনা য়েৎতা ) চৎকদবনি ॥২২০॥

খুৎনা লৈবা মফমদা মিৎ লৈগনি, মিৎনা লৈবা মফমদা পূক্নিঙসু ইমগনি, পূক্নিঙনা লৈবা মফমদা ভাব লৈগনি অদুগা ভাব লৈবা মফমদা রসসু লৈগনি ॥২২১॥

### নৃত্যহস্তা

পতাক, স্বস্তিক, ডোলা, অঞ্জলি, কটকাবৰ্দ্ধন শকট, পাশ, কীলক, কপিত্থ, শিখর, কূর্ম্ম, হংসাস্য অমসুং অলপদ্ম- তরাহুমদোই অসি নৃত্যদা শীজিন্নবদা মতিক চাবা ওাক্তনি ॥২২২-২২৩॥

### নবগ্রহহস্তাঃ

সূর্য্যহস্ত— খুৎ অনিমক্না লেংজুম মনাক্তা পুখৎলগা অলপদ্ম অমসুং কপিত্থ শাহ্না লৈরবদি মদুবু 'সূর্য্যহস্ত' হায়না কৌই ॥২২৪॥

---

(১) নৃত্তসিদ্ধান্ত—পাঠান্তর (২) মত অমদা মসিবু 'নৃত্ত' হস্ত ওইনা ইনবহ্নু য়াওই।
(৩) কপিত্থক :— পাঠ, (৪) ধৃতো—পাঠ।

## চন্দ্রহস্তঃ

অলপদ্মো বামহস্তে দক্ষিণে চ পতাকিকা।
নিশাকরকরঃ প্রোক্তো ভরতাগমদর্শিভিঃ ॥২২৫॥

## কুজহস্তঃ

বামে করে তু সূচী স্যান্মুষ্টিহস্তস্তু দক্ষিণে।
ধৃতশ্চেন্নাট্যশাস্ত্রজ্ঞৈরঙ্গারককরঃ স্মৃতঃ ॥২২৬॥

## বুধহস্তঃ

তির্য্যগ্‌ বামে চ মুষ্টিঃ স্যাদ্দক্ষিণে চ পতাকিকা।
বুধগ্রহকরঃ প্রোক্তো ভরতাগমবেদিভিঃ ॥২২৭॥

## গুরুহস্তঃ

হস্তাভ্যাং শিখরং ধৃত্বা যজ্ঞসূত্রস্য দর্শনম্।
ঋষি-ব্রাহ্মণহস্তোঽয়ং গুরোশ্চাপি প্রকীর্ত্তিতঃ ॥২২৮॥

## শুক্রহস্তঃ

বামোচ্চভাগে মুষ্টিঃ স্যাদধস্তাদ্দক্ষিণে তথা।
শুক্রগ্রহকরঃ প্রোক্তো ভরতাগম বেদিভিঃ ॥২২৯॥

---

চন্দ্রহস্ত—ওয়গী খুৎনা অলপদ্ম অচুগা য়েৎনা পতাক-হস্ত ওইরবদি মদুবু ভরতকী নাট্য-শাস্ত্র হৈবশিংনা 'চন্দ্রহস্ত' কৌই ॥২২৫॥

কুজহস্ত—( মঙ্গল গ্রহ ) নাট্য-শাস্ত্র হৈবশিংনা হায় মচুদি, ওয়গী খুৎনা সূচী ওইরগা য়েৎকীনা মুষ্টি-হস্ত ওইরবদি মদুবু মঙ্গল-গ্রহ হস্ত হায়না কৌই ॥২২৬॥

বুধহস্ত—ভরতকী নাট্য-শাস্ত্র হৈবশিংনা হায় মচুদি—ওয়গী খুৎনা মুষ্টি শায়গা পৈনা লৈরবদি অচুগা য়েৎকী খুৎনা পতাক ওইরবদি মদুবু বুধহস্ত কৌই ॥২২৭॥

গুরুহস্ত—( বৃহস্পতি ) খুৎ অনিমক্না শিখর শায়গা নগুণ থাংবা উৎলবদি মদুবু বৃহস্পতি-মুনি অমদি ব্রাহ্মণহস্ত হায়নৈ ॥২২৮॥

শুক্রহস্ত—ওয়গী খুৎনা মথক্তা বাংনা অচুগা য়েৎকী খুৎনা মখাদা নেম্না মুষ্টি-হস্ত শানদুনা লৈরবদি ভরতকী নাট্য-শাস্ত্র হৈবশিংনা মদুবু শুক্রহস্ত হায়না কৌই ॥২২৯॥

### শনিহস্তঃ

বামে করে তু শিখরস্ত্রিশূলো দক্ষিণেকরে ।
শনৈশ্চরকরঃ প্রোক্তো ভরতাগম কোবিদৈঃ ॥২৩০॥

### রাহুহস্তঃ

সর্পশীর্ষো বামকরে সূচী স্যাদ্দক্ষিণে করে ।
রাহুগ্রহকরঃ প্রোক্তো নাট্যবিদ্যাধিপৈর্জনৈঃ ॥২৩১॥

### কেতুহস্তঃ

বামে করে তু সূচী স্যাদ্দক্ষিণেতু পতাকিকা ।
কেতু গ্রহকরঃ প্রোক্তো ভরতাগমদর্শিভিঃ ॥২৩২॥

### অথ পাদভেদাঃ

বক্ষ্যন্তে পাদভেদানাং লক্ষণং পূর্ব্বসম্মতম্ ।
মণ্ডলোৎপ্লবনে চৈব ভ্রমরী পাদচারিকা ।
চতুর্দ্ধা পাদভেদাঃ স্যুস্তেষাং লক্ষণমুচ্যতে ॥২৩৩॥

### মণ্ডলভেদাঃ

স্থানকং চায়তালীঢ়ং প্রেঙ্খণং প্রেরিতানি চ ।

---

শনিহস্ত—ওয়গী খুৎনা শিখর ওইরগা য়েৎনা ত্রিশূল ওইরবদি খুৎথম অদু শনিগী হস্তনি হায়না ভরতকী নাট্য-শাস্ত্র হৈবশিংনা হায় ॥২৩০॥

রাহুহস্ত—ওয়গী খুৎনা সর্পশীর্ষ ওইরগা য়েৎনা সূচী শায়বদি নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা মদুবু 'রাহুহস্ত' কৌই হায় ॥২৩১॥

কেতুহস্ত—ভরতকী নাট্যশাস্ত্র হৈবা পণ্ডিতশিংনা হায় মতুদি ; ওয়গী খুৎনা সূচী ওইরগা য়েৎকীনা পতাকহস্ত ওইরবদি মদুবু 'কেতুহস্ত' হায়না কৌই ॥২৩২॥

হজীক পাদ ভেদ ( খোঙগী মখল ) হায়রি —

থায়নগী নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংগী মত মতুংইন্না খোঙগী মখল হায়রি । খোঙগী মখল মরিনি মতুদি—মণ্ডল, উৎপ্লবন, ভ্রমরী অমসুং পাদ-চারিকা । মখোয়গী লক্ষণ হায়রি —

প্রত্যালীঢ়ং স্বস্তিকঞ্চ মোটিতং সমসূচিকা ।
পার্শ্বসূচীতি চ দশ মণ্ডলানীরিতানীহ ॥২৩৪॥

## স্থানকমণ্ডলম্

কটিং স্পৃষ্ট্বার্দ্ধচন্দ্রাখ্যপাণিভ্যাং সমপাদতঃ ।
সমরেখতয়া তিষ্ঠেত্তৎ স্যাৎ স্থানকমণ্ডলম্ ॥২৩৫॥

## আয়তমণ্ডলম্

বিতস্ত্যন্তরিতৌ পাদৌ কৃত্বাতু চতুরস্রকৌ ।
তির্য্যক্ কুঞ্চিতজানুভ্যাং স্থিতিরায়তমণ্ডলম্ ॥২৩৬॥

## আলীঢ়মণ্ডলম্

দক্ষিণাঙ্ঘ্রেশ্চ পুরতো বিতস্তিত্রিতয়ান্তরম্ ।
বিন্যসেদ্ বামপাদঞ্চ শিখরং বামপাণিনা ।২৩৭॥
কটকামুখহস্তশ্চ দক্ষিণেন ধৃতো যদি ।
আলীঢ়মণ্ডলমিতি বিখ্যাতং ভরতাদিভিঃ ।

## প্রত্যালীঢ়মণ্ডলম্

আলীঢ়স্য বিপর্য্যাসাৎ প্রত্যালীঢ়াখ্যমণ্ডলম্ ॥২৩৮॥

---

**মণ্ডল ভেদ**— মণ্ডল মখল তরা শুই মদুদি—স্থানক, আয়ত, আলীঢ়, প্রেঙ্খণ, প্রেরিত, প্রত্যালীঢ়, স্বস্তিক, মোটিত, সমসূচী অমসুং পার্শ্বসূচী ॥২৩৩-২৩৪॥

**স্থানক মণ্ডল**—খোঙ অনিমক মান্নবা লৈরগা অর্দ্ধচন্দ্র শাবা খুৎ অনিনা খাঙদা থম্লবদি ফিরেপ অদুবু 'স্থানক মণ্ডল' হায়না কৌই ॥২৩৫॥

**আয়ত মণ্ডল**—খোঙ অনিমক্কী ময়ক্তা হাওকাপ (খুদোল ১২) অমা লাপ্লহনগা চিথেক মরি লাইনা থুকক্ত অনিমক কোঙোকতুনা লৈমবদি ফিরেপ অদুবু 'আয়ত মণ্ডল' হায়না কৌই ॥২৩৬॥

**আলীঢ় মণ্ডল**—য়েৎকী খোঙ মমাঙদা হাওকাপ অহুম লাপ্লনা ওয়গী খোঙ থাম্লবদি অদুগা ওয়গী খুৎনা শিখর, য়েৎকী খুৎনা কটকা-মুখ শাম্লবদি ভরতনাচিংবা মুনিশিংনা মদুবু 'আলীঢ়মণ্ডল' হায়না কৌই ॥

**প্রত্যালীঢ় মণ্ডল**—অদুগা আলীঢ়মণ্ডলগী ওল্লৈতনবা (হায়বদি ওয়গী খোঙ

## প্রেঙ্খণমণ্ডলম্

প্রস্থৈত্যেকপদং পার্শ্বে পার্ষ্ণিদেশস্থ পাদতঃ।
স্থিত্বান্তে কূর্মহস্তেন স্থিতিঃ প্রেঙ্খণমণ্ডলম্ ॥২৩৯॥

## প্রেরিতমণ্ডলম্

(১) সংস্থাপ্যৈকং পদং পার্শ্বে বিতস্তিত্রিতয়ান্তরম্।
তির্য্যক্ কুঞ্চিতজানুভ্যাং স্থিত্বা'থ শিখরং করম্ ॥২৪০॥
বিধায় বক্ষস্থলেন প্রসৃতা চ পতাকিকা।
প্রদর্শয়েদিদং তজ্জ্ঞঃ (২) প্রেরিতং মণ্ডলং জগুঃ ॥২৪১॥

## স্বস্তিকমণ্ডলম্

দক্ষিণোত্তরতঃ কুর্য্যাৎ পাদে পাদং করে করম্।
ব্যত্যাসেন তদা প্রোক্তং স্বস্তিকং নামমণ্ডলম্ ॥২৪২॥

---

মমাঙদা হাওকাপ অহুম লাপ্পনা য়েৎকী খোঙ থারবদি) ফিরেপ অদুবুনা 'প্রত্যালীঢ়মণ্ডল কৌই ॥২৩৭-২৩৮॥

**প্রেঙ্খণ মণ্ডল**—খোঙ নামনা লেপ্লগা মতুগী খুনিঙ ময়াদা (পার্ষ্ণি) অতোপ্পা খোঙ অদু থম্লবদি অদুগা খুৎনা কূর্মহস্ত শারবদি ফিরেপ অদুবু 'প্রেঙ্খণমণ্ডল' হায়না কৌই ॥২৩৯॥

**প্রেরিত মণ্ডল**—খোঙ নামবু অতোপ্পা খোঙদগী (নাকওইননা) হাওকাপ অহুম লাপ্পহন্না, খুৎউ অনিমক (খোয়না) কোষ্টন্দুনা লৈরগা খুৎ নামনা শিখর শাদুনা থবাক্তা থম্লবদি অদুগা নামা অমনা পতাক-হস্ত শাদুনা (তিংথোক্লা) লৈরবদি মণ্ডলগী মরম খঙবা মীশিংনা মদুবু 'প্রেরিত মণ্ডল' হায়না কৌনৈ ॥২৪০-২৪১॥

**স্বস্তিক মণ্ডল**—খোঙ অনি খুৎ অনিমক মহৈ মহৈ কায়ন চম্লগা মতু অমুক ওন্থোক্লবদি মদুবু 'স্বস্তিক মণ্ডল' হায়না কৌই ॥২৪২॥

---

আলীঢ়—য়েৎকী খোঙ্ তিংনা লৈরগা ওয়না কোনশিনবা।
প্রত্যালীঢ়—ওয়গী খোঙ্ তিংথোক্লগা য়েৎনা কোনশিনবা।
হাওকাপ—খুৎপী খুদোম্বী তিংথোক্লগা মতুনা পুংবা মকম।
(১) সন্তাড্যৈকপদং—অঃ নাঃ শাঃ (২) তজ্জ্ঞা—পাঠ।

## মোটিতমণ্ডলম্

প্রপদাভ্যাং ভুবি স্থিত্বা জানুযুগ্মেন সংস্পৃশেৎ।
ক্রমাদ্ ভূতলমেকৈকং ত্রিপতাককরদ্বয়ম্।
কৃত্বা তন্মোটিতং নাম মণ্ডলং কথিতং বুধৈঃ ॥২৪৩॥

## সমসূচীমণ্ডলম্

পাদাগ্রাভ্যাঞ্চ জানুভ্যাং ভূতলং সংস্পৃশেৎ যদি।
মণ্ডলং সমসূচীতি কথিতং পূর্ব্বসূরিভিঃ ॥২৪৪॥

## পার্শ্বসূচীমণ্ডলম্

স্থিত্বা পাদাগ্রযুগ্মেন জানুনৈকেন পার্শ্বতঃ।
সংস্পৃশেৎ ভূতলং পার্শ্বসূচীমণ্ডলমীরিতম্ ॥২৪৫॥

## স্থানকভেদাঃ

পাদবিন্যাসভেদেন স্থানকং ষড়্বিধং ভবেৎ।
সমপাদং চৈকপাদং নাগবন্ধস্ততঃ পরম্।
ঐন্দ্রঞ্চ গারুড়ঞ্চৈব ব্রহ্মস্থানমিতি ক্রমাৎ ॥২৪৬॥

---

**মোটিত মণ্ডল**—খোঙদোলগা থুকউগা অনিমক লৈপাক শোক্লগা ( নিঙগাঙনবা কয়গা ) খুং অনিমক্তা ত্রিপতাকহস্ত ওইনা লৈরবদি কন্দম অদুবু 'মোটিতমণ্ডল' হায়না কৌই হায়না অথওবশিংনা হায় ॥২৪৩॥

**সমসূচী মণ্ডল**—মথকী মুনিশিংনা হায়বশী—নিঙাঙনা কদবু ( খোঙদোল অনি থুকউ অনি লৈতবা ) 'সমসূচী মণ্ডল' হায়না কৌই ॥২৪৪॥

**পার্শ্বসূচী মণ্ডল**—খোঙদোল অনি অমদি থুকউ নায়না নাকল অমদা লৈতারবদি কন্দম অদুবু পার্শ্বসূচী মণ্ডল' হায়না কৌই ॥২৪৫॥

**স্থানকভেদ ( কিবম কিরেপকী মথল )**

খোঙথা মওঙ খেয়বা মতুংইন্না স্থানক মণ্ডল মথল তরুক ওই মদুদি—সমপাদ, একপাদ, নাগবন্ধ, ঐন্দ্র, গারুড় অমসুং ব্রহ্মস্থান ॥২৪৬॥

## সমপাদস্থানম্

স্থিতিঃ সমাভ্যাং পাদাভ্যাং সমপাদমিতি স্মৃতম্ ।

### বিনিয়োগঃ

পুষ্পাঞ্জলৌ দেবরূপে সমপাদং নিযুজ্যতে ।।২৪৭।।

## একপাদস্থানম্

জান্বাশ্রিত্য পদৈকেন স্থিতিঃ স্যাদেকপাদকম্ ।

### বিনিয়োগঃ

একপাদং ত্বিদং স্থানং নিশ্চলে তপসি স্থিতম্ (১) ।।২৪৮।।

## নাগবন্ধস্থানম্

পাদং পাদেন সংবেষ্ট্য তথা পাণিঞ্চ পাণিনা ।

স্থিতিঃ স্যান্নাগবন্ধাখ্যা নাগবন্ধে প্রযুজ্যতে ।।২৪৯।।

## ঐন্দ্রকস্থানম্

পাদমেকং সমাকুঞ্চ্য (২) ন্যস্যান্যপদজানুনি ( নী? ) ।

উত্তানিতে করং (৩) স্থিত্বা স্থিতিরৈন্দ্রমিতীরিতম্ ।

---

**সমপাদস্থান**—খোঙ অনিমক চপ মান্নবা থান্নবদি মদুবু 'সমপাদ' হায়না কৌই ॥ লাইগী মূর্তিদা লৈ কৎপা ( পুষ্পাঞ্জলি ) মতমদা সমপাদ মণ্ডল অসি শীজিন্নগনি ।।২৪৭।।

**একপাদস্থান**—খুকউ নামগী মথক্তা অতোপ্পা খোঙ অমা থমহনা লেপ্পবু 'একপাদস্থান' হায়না কৌই । লেঙদনা লৈহনা লাইনিঙবদা মসি শীজিন্নৈ ।।২৪৮।।

**নাগবন্ধস্থান**—খোঙ অমনা খোঙ অমবু অমস্তুং খুৎ অমনা খুৎ অমবু কোয়শিন্দুনা লেপ্পবু 'নাগবন্ধ' হায়না কৌই । মসি শামু পুনবদা ( খুরৌ লৌবদা ) শীজিন্নৈ ।।২৪৯।।

**ঐন্দ্রকস্থান**—অকোনবা খোঙ নামনা খোঙ অমগী খুকউ মথক্তা থন্নবদি অহুপা লোংখোকপা খুৎ অমগী মথক্তা খুৎ অমনা উপশিন্দুনা লৈরবদি মদুবু

---

মরক্তা কাপ অমা ( খুৎশীদগী খুৎয়ায় ফাওবা ) লাওহন্না খোঙ দোল মান্নবা লৈহনবনু সমপাদ কৌই ।

(১) স্মৃতম্—পাঠ (২) স্থিত্বা—পাঠ (৩) ন্যস্ত—পাঠ

## বিনিয়োগঃ

বাসবে রাজভাবে চ স্থানমৈন্দ্রং নিযুজ্যতে ।।২৫০।।

## গরুড়স্থানম্

আলীঢ়মণ্ডলে পশ্চাদথ জানুতলং ভুবি ।
সংস্থাপ্য পাণিযুগ্মেন বহন্ বিরলমণ্ডলম্ ।
স্থিতিস্তু গরুড়স্থানং গরুড়ে বিনিযুজ্যতে ।।২৫১।।

## ব্রহ্মস্থানম্

জানূপরি পদং ন্যস্য পদস্যোপরি জানু চ ।
স্থিতং যদি ভবেৎ ব্রাহ্মং জপাদিষু নিযুজ্যতে ।।২৫২।।

## উৎপ্লবনভেদাঃ

অথোৎপ্লবনভেদানাং লক্ষণং পরিকথ্যতে ।
অলগং কর্ত্তরী (১) বাহ্যশ্বোৎপ্লবনমোটিতং তথা ।
কৃপালগমিতি খ্যাতং পঞ্চধোৎপ্লবনং বুধৈঃ ।।২৫৩।

---

'ঐন্দ্রকস্থান' হায়না কৌই। ইন্দ্র অমদি নিংথৌগী মওঙ উৎপদা মসি শীজিন্নগনি ।।২৫০।।

গরুড়স্থান—আলীঢ়মণ্ডলগী ফিভমদা লৈরগা খুকউ লৈতায়বদি অহুগা খুৎ অনিনা 'বিরলমণ্ডল' ( হাইকেৎনা কোয়বা—কোস্তক তৌবা ) ওইনা লৈরবদি ফিবম অদুবু 'গরুড়মণ্ডল' হায়না কৌই ।।২৫১।।

ব্রহ্মস্থান—খুকউ অমগী মথক্তা খোঙ অমা থম্লবদি নত্রগা খোঙ নামগী মথক্তা অতোপ্পা খুকউ অমনা শোক্রবদি ফিবম অদুবু 'ব্রহ্মমণ্ডল' হায়না কৌই। মসি জপ অমদি ধ্যান তৌবা মতমদা শীজিন্নৈ ।।২৫২।।

উৎপ্লবন ভেদ ( চোংবগী মখল )

মখংদা উৎপ্লবন ভেদগী মওঙ হায়গনি। পণ্ডিতশিংনা উৎপ্লবন মখল মঙানি হায় মথদি—অলগ, কর্ত্তরী, অশ্বোৎপ্লবন, মোটিত, অমসুং কৃপালগ ।।২৫৩।।

---

(১) চাশ্বোৎপ্লবনং—অঃ নাঃ শাঃ

## অলগোৎপ্লবনম্

উৎপ্লুত্য পাদযুগলং কটিদেশেতু বিন্যসেৎ।
বদ্ধা করাভ্যাং শিখরাবলগোৎপ্লবনং ভবেৎ ॥২৫৪॥

## উৎপ্লবনকর্ত্তরী

উৎপ্লুত্য প্রপদৈঃ সব্যপাদস্যৈকস্য পৃষ্ঠতঃ।
কর্ত্তরীং বিন্যসেদেষা স্যাদুৎপ্লবনকর্ত্তরী।
অধোমুখঞ্চ শিখরং কটৌ হস্তং ন্যসেদিহ ॥২৫৫॥

## অশ্বোৎপ্লবনম্

পুরঃ পাদং সমুৎপ্লুত্য পশ্চাৎ পাদং নিযোজয়েৎ।
করৌ তু ত্রিপতাকাখ্যৌ কৃত্বাশ্বোৎবনং ভবেৎ ॥২৫৬॥

## মোটিতোৎপ্লবনম্

পর্য্যায়পার্শ্বোৎপ্লবনং কর্ত্তরীবতু মোটিতা।
ত্রিপতাকে চ করয়োঃ কৃত্বা শশ্বৎ প্রকাশনাৎ ॥২৫৭॥

---

**অলগ**—শিখর শাবা খূৎ অনিনা খ্বাঙদা থম্লগা খোঙ অনিনা থাঙত্তনা চোংলবদি মদুবু অলগ উৎপ্লবন কৌই ॥২৫৪॥

**কর্ত্তরী**—ওয়গী খোঙ মথক্তা য়েংকৌ খোঙদোলনা শোক্লবা অমদি খূৎ নামনা কর্ত্তরীহস্ত শারগা নামা অমনা শিখর শাহনা মচীন মখা ওইনা খ্বাঙদা থম্লগা চোংলবদি মদুবু 'কর্ত্তরী উৎপ্লবন' হায়না কৌই ॥২৫৫॥

অশোক নাথ শাস্ত্রীনা তৌবা অর্থদি—খোঙ মতোন্দা অক্লষা পীদূনা চোংলগা ওয়গী খোঙগী মতুংদা খূৎ নামনা কর্ত্তরী শাগনি, অতুগা খূৎ নামনা শিখর শারগা খ্বাঙদা মখা ওইনা পায়গনি।

**অশ্বোৎপ্লবন**- খোঙ নামা থাঙত্তনা চোংলগা অতোপ্পা খোঙ অমনা মতুগী মতুংদা থম্লবদি অতুগা খূৎ অনিমক্তা ত্রিপতাক শারথদি মওং অদুবু 'অশ্বোৎপ্লবন' হায়না কৌই ॥২৫৬॥

* **মোটিত**—নাকল অনিদা মথং মথং কর্ত্তরী ওয়া চোংলবদি অতুগা খূৎ

---

* Jumping on both sides alternately like a Kartari will be Motita jumps.
M. Ghosh 257-98

## কৃপালগোৎপ্লবনম্

পার্ষ্ণিমেকৈকপাদস্তু কটৌ পর্য্যায়তো ন্যসেৎ।
অর্দ্ধচন্দ্রকলামধ্যে স্তম্ভমস্তং কৃপালগম্ ॥২৫৮॥

## ভ্রমরীলক্ষণম্

ভ্রমর্য্যা লক্ষণান্যত্র বক্ষ্যে লক্ষণভেদতঃ।
উৎপ্লুতভ্রমরী চক্রভ্রমরী গরুড়াভিধা।
তথৈকপাদভ্রমরী কুঞ্চিতভ্রমরী তথা ॥২৫৯॥
আকাশভ্রমরী চৈব তথাঙ্গভ্রমরীতি চ।
ভ্রমর্য্যঃ সপ্ত বিজ্ঞেয়া নাট্যশাস্ত্রবিশারদৈঃ ॥২৬০॥

## উৎপ্লুতভ্রমরী

স্থিত্বা সমাভ্যাং পাদাভ্যামুৎপ্লুত্য ভ্রাময়েদ্ যদি।
সর্ব্বাঙ্গমন্তরালে স্যাদুৎপ্লুতভ্রমরী ত্বসৌ ॥২৬১॥

---

অনিবু খ্রিপতাকহস্ত ওইহল্লবদি কিয়েপ অদুবু 'মোটিত-উৎপ্লবন' হায়না কৌই ॥২৫৭॥

কৃপালগ—খোঙ অনিগী খোঙচেপ অনিনা মথং মথং (অমুক অমুক) খ্বাঙ অনিমক্তা শম্মহল্লগা অর্দ্ধচন্দ্রে শাবা থূৎ নামগী ময়ায়দা অতোপ্পা থূৎ অমা লৈহল্লবদি মদুবু 'কৃপালগ উপ্লবন' হায়না কৌই ॥২৫৮॥

### ভ্রমরী লক্ষণ (লৈবগী মওঙ)

লৈবগী মওঙ খেয়বা মতুংইন্না হন্নীক ভ্রমরীগী লক্ষণ পুন্নমক হায়রকে। নাট্য-শাস্ত্র লৈহবশিংনা ভ্রমরী মখল তরেৎনি হায়না খঙনগদবা ওই মহুদি—উৎপ্লুত ভ্রমরী, চক্রভ্রমরী, গরুড় ভ্রমরী, একপাদ ভ্রমরী, কুঞ্চিতভ্রমরী, আকাশ ভ্রমরী অমসুং অঙ্গ ভ্রমরী ॥২৫৯-২৬০॥

উৎপ্লুতভ্রমরী—খোঙ অনিমক মায়না থায়গা থজীকুং খাদত্তুনা হকচাং পুম্নমক লৈববু 'উৎপ্লুতভ্রমরী' হায়না কৌই ॥২৬১॥

### চক্রভ্রমরী

ভুবি পাদৌ মুহুঃ কর্ষংস্ত্রিপতাকৌ করৌ বহন্ ।
চক্রবদ্ ভ্রমতে যত্র সা চক্র-ভ্রমরী ভবেৎ ।।২৬২।।

### গরুড়ভ্রমরী

তির্য্যক্ প্রসার্য্যৈকপাদং পশ্চাজ্জানু ভুবি ক্ষিপেৎ ।
সম্যক্ প্রসার্য্য বাহু দ্বৌ ভ্রাময়েদ্ গরুড়ো ভবেৎ ।।২৬৩।।

### একপাদভ্রমরী

ভ্রাময়েদেকমেকেন পাদং পাদেন সত্বরম্ ।
সা হ্যেকপাদভ্রমরী ভবেদিতি বিনিশ্চিতা ।

### কুঞ্চিতভ্রমরী

নিকুঞ্চ্য জানু ভ্রমণং কুঞ্চিত ভ্রমরী ভবেৎ ।।২৬৪।।

### আকাশভ্রমরী

উৎপ্লুত্য পাদৌ বিরলৌ কৃত্ব পাদৌ প্রসার্য্য চ ।
ভ্রাময়েৎ সকলং গাত্রমাকাশভ্রমরী ভবেৎ ।।২৬৫।।

---

চক্রভ্রমরী—খোঙ অনিবু লৈমায়দা হয়া হয়া চিংশিল্লগা খুৎ অনিময়া ত্রিপতাক শাদুনা চক্রগুম্না লৈরবদি মদুবু 'চক্রভ্রমরী' হায়না কৌই ।।২৬২।।

গরুড়ভ্রমরী—খোঙ্ নামবু কোক্তক তোনা তিংথোক্লগা অতোপ্পা খুকউ অমনা লৈপাক শোক্লগা অদুগা খুৎ অনিমক্কা পূম্নতিং তিংথোক্ত্না লৈয়বদি মদুবু 'গরুড়ভ্রমরী' হায়না কৌই ।।২৬৩।

একপাদভ্রমরী—খোঙ্ অমনা খোঙ্ অমবু থুনা লৈহল্লবদি মদুবু 'একপাদ-ভ্রমরী' কৌই অদুগা খুকউ নামবু কোক্তক তোহন্না লৈববুনা 'কুঞ্চিতভ্রমরী' হায়না কৌই ।।২৬৪।।

আকাশভ্রমরী—খোঙ্ অনিমকপু লাওথোক্লহন্না, চোংখত্না অমদি তিংথোক্ত্না হকচাং পূম্নমক লৈথোক্লবদি মদুবু 'আকাশভ্রমরী' হায়না কৌই ।।২৬৫।।

### অঙ্গভ্রমরী

বিভস্ত্যাভূর্বতৌ পাদৌ কৃত্বাঙ্গভ্রমণং তথা।
তিষ্ঠেদ্ যদি ভবেদঙ্গভ্রমরী ভরতোদিতা ।।২৬৬।।

## অথ চারী ভেদাঃ

অথাত্র চারী ভেদানাং লক্ষণং কথ্যতে (১) ময়া।
আদৌ তু চলনং প্রোক্তং পশ্চাচ্চংক্রমণং তথা।
সরণং বেগিনী চৈব কুট্টনঞ্চ ততঃ পরম্ ।।২৬৭।।
লুঠিতং লোলিতঞ্চৈব ততো বিষমসঞ্চরঃ।
চারীভেদা অমী অষ্টৌ প্রোক্তা ভরতবেদিভিঃ ।২৬৮।।

### চলনচারী

স্বস্থানাৎ স্বস্থ পাদস্থ চলনাচ্চলনং ভবেৎ।

---

অঙ্গভ্রমরী—ভরত মুনিনা হায় মতুদি -খোঙ্ অনিমক মরক্তা হাওকাপ অমা লাপ্পহল্লগা হকচাং পূমলৈ লৈরগা লেপ্লবদি মদুবু 'অঙ্গভ্রমরী' হায়না কৌই ॥২৬৬।।

### * চারীভেদ (চারীগী মথং)

মথংদা হৌরীক ঐনা চারীভেদগী লক্ষণ হায়রকে। অহানবনা চলন, মথংনা চংক্রমণ, মথংনা অমুক সরণ, বেগিনী, অমসুং কুট্টন, লুঠিত, লোলিত অমদি বিষম-সঞ্চর—চারীভেদ মথক নিপান অসিনি হায়না ভরতনা লেংবা নাট্যশাস্ত্র হৈব-শিংনা হায়রম্মী।। ২৬৭-২৬৮ ।।

চলনচারী—মশাগী খোঙ্ফমদগী থাংদোক্লবদি খোঙ্থাং অদুবু 'চলনচারী' কৌই।

---

(১) অধুনা—পাঠ—

* খোঙ্, থুকউ, খৈ অমদি খাঙ—মসি অসিনা মতম অমত্তা পুম্না থাংদোকমিন্নবু 'চারী' কৌই। নাট্য শাস্ত্র ১০ অ;

## চংক্রমণম্

পাদয়োর্বাহ্যপার্শ্বাভ্যামুৎক্ষিপ্যোৎক্ষিপ্য যত্নতঃ।
গতির্ভবেচ্চ ক্রমণং বর্ণিতং নাট্যকোবিদৈঃ ॥২৬৯॥

## সরণম্

চলনন্তু জলূকাবদেকেনাক্রান্ত পার্ষ্ণিণা।
তির্য্যগাকর্ষয়েদ্ ভূমিং করাভ্যান্তু পতাকিকে।
ধৃত্বা চ গমনং যত্তু সরণং তদুদীরিতম্ ।২৭০॥

## বেগিনী

পার্ষ্ণিনা বা পদাগ্রেণ দ্রুতং গত্যা তু চালনম্।
করাভ্যাং চালপদ্মে চ ত্রিপতাকে (১) যথাক্রমম্।
ধৃত্বা নটেদ্ যদি ভবেদ্ বেগবত্বেন বেগিনী ॥২৭১॥

## কুট্টনম্

পার্ষ্ণিনা বা পদাগ্রেণ সমস্তেন তলেন বা।
যত্তাড়নং ভূতলস্য কুট্টনং তদুদীরিতম্।

---

চংক্রমণচারী—নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা হায় - খোঙ্ অনিগী মাকচেপ (খোঙ্চেপ) অনিনা চেকশিন্না থাং-থাংদুনা হন্না হন্না চৎলবদি মদুবু 'চংক্রমণ-চারী হায়না কৌই ॥২৬৯॥

সরণচারী—নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা হায় মহৃদি--খোঙ্ নামগী খোঙ্চেপ অতুগা খোঙ্ নামগীনা মপুম অতুগা থুং অনিনা পতাকহস্ত ওইহন্দুনা কাকথৈনা লাম্বগুম কোম্না কে'ম্না লৈমায়দা চিংশিন্দুনা মাঙ্দা চঙ্শিনববু 'সরণচারী, হায়না কৌই ॥২৭০॥

বেগিনীচারী - মথংশিংনা থুং নামনা অলপদ্ম অতুগা অমনা পতাকহস্ত ওইহল্লগা খোঙ চেপ নত্রগা খোঙ্দোলনা থুনা চত্না লগোই শারবদি মদুবু 'বেগিনীচারী' হায়না কৌই ॥২৭১॥

কুট্টনচারী—খোঙ্চেপনা খোঙদোলনা নত্রগা খোঙ্পাক্না লৈমায়দা থীলবদি 'কুট্টনচারী হায়না কৌই ॥

(১) ত্রিপতাকো—পাঠ

## লুঠিতম্

স্বস্তিকস্থিতিঃ পাদাগ্রে কুট্টনাল্লুঠিতং ভবেৎ ।।২৭২।।

## লোলিতম্

পূর্ব্ববৎ কুট্টনং কৃত্বা মন্দংমন্দমতঃ পরম্ ।
অস্পৃষ্টভূমেঃ পাদস্য চালনং লোলিতং ভবেৎ ।।২৭৩।।

## বিষমসঞ্চরঃ

বেষ্টয়িত্বা দক্ষিণেন বামং বামেন দক্ষিণম্ ।
ক্রমেণ পাদং বিন্যস্য ভবেদ্ বিষমসঞ্চরঃ ।।২৭৪ ।

## অথ গতিভেদাঃ

অথাত্র গতিভেদানাং লক্ষণং বক্ষ্যতে ক্রমাৎ ।
হংসী ময়ূরী চ মৃগী গজলীলা তুরঙ্গিণী । ২৭৫।।
সিংহী ভুজঙ্গী মণ্ডূকী গতিবীরা চ মানবী ।
দশৈত, গতয়ো জ্ঞেয়া নাট্যশাস্ত্রবিশারদৈঃ ।।২৭৬।।

---

লুঠিতচারী স্বস্তিকী মওঙ্দা লেপ্লগা খোঙদোলনা খীল্লবদি মদুবুনা 'লুঠিতচারী' কায়না কৌই ।।২৭২।।

লোলিতচারী—হান্নগুম্না কুট্টনচারী তৌব্বগা মথংদা ভপ্না ভপ্না খোঙ্ থাংছনা লৈমায় শোকহন্দনা চৎপবু 'লোলিত' চারী হায়না কৌই ।।২৭৩।।

বিষমসঙ্করচারী—ওয়গী খোঙ্না য়েৎপু, য়েৎকীনা ওয়বু কোয়শিন (কোংশিন) কোয়শিন্না (কোংশিন্না) মথং মথং লৈমায়দা খোঙ্ থাহ্নুনা চৎপবু 'বিষমসঙ্করচারী' হায়না কৌই ।।২৭৪।।

### গতিভেদগী মথক

নাট্যশাস্ত্র হৈবশিংনা গতি মথক ভরা তুই হায়না থঙ্নগনি মহুদি—হংসী, ময়ূরী, মৃগী, গজলীলা, তুরঙ্গিনী, সিংহী, ভুজঙ্গী, মণ্ডূকী, বীরা অমসুং মানবী। ছুবীক মথক তরা অসিগী লক্ষণশিং অতু মথং মথং হায়রকে ।।২৭৫-২৭৬।।

## হংসীগতিঃ

পরিবর্ত্ত্য তনুং পার্শ্বাং বিতস্ত্যন্তরিতং শনৈঃ।
একৈকং তৎ পদং ন্যস্য কপিত্থং করয়োর্বহন্।
হংসবদ্ গমনং যত্র সা হংসী গতিরীরিতা ॥২৭৭॥

## ময়ূরীগতিঃ

প্রপদাভ্যাং ভুবি স্থিত্বা কপিত্থং করয়োর্বহন্।
একৈকজানুচলনান্ময়ূরী গতিরীরিতা।২৭৮॥

## মৃগি গতিঃ

মৃগবদ্ গমনং বেগাৎ ত্রিপতাককরৌ বহন্।
পুরতঃ পার্শ্বয়োশ্চৈব যানং মৃগগতির্ভবেৎ ॥২৭৯॥

## গজলীলা গতিঃ

পার্শ্বয়োস্তু পতাকাভ্যাং করাভ্যাং বিচরংস্ততঃ।
সমপাদগতির্মন্দং গজলীলেতি বিশ্রুতা ॥২৮০॥

---

**হংসীগতি** ( কাংঙা )—হকচাং নাকল অনিমক লৈনা লৈনা * হাওকাপ অমা মরক্তা লাওনহন্না খোঙ্ নামা নামা থাংলগা খুৎ অনিনা 'কপিত্থহস্ত'গী মওঙদা লৈহন্দুনা কাংঙগী কাজং মান্না চংলবদি মদুবু হ সীগতি কৌই ।।২৭৭॥

**ময়ূরীগতি** ( বাহোং )-খোঙ্ অনিমকী খোঙদোন্না লৈপাক্তা শৌরগা থুকউ লৈতাহনা খুৎ অনিমক্তা কপিত্থহস্ত শাবগা থুকউনা চৎপবু 'ময়ূরীগতি' হায়না কৌই ॥২৭৮॥

**মৃগীগতি** ( শজি )—খুৎ অনিনা ত্রিপতাকহস্ত শায়গা থুনা মাঙনা মাঙদা অমদি নাকল অনিমক্তা অমুম চৎপবু 'মৃগীগতি' হায়না কৌই ॥২৭৯॥

**গজলীলাগতি** ( শামু )- খুৎ অনিবু পতাকহস্ত ওইহন্নগা মদুবু হকচাং নাকল অনিমক্তা থম্নগা তপ্না তপ্না খোঙ্ক্রম মামনা চৎপবু 'গজলীলাগতি' হায়না কৌই ॥২৮০॥

---

* থাংলিন্মা খোঙগী নাকল অহ্ হাইকেৎনা হাই হন্না নত্রগা ইনবত্ন লৈবা হায়মদি।

## তুরঙ্গিণী গতিঃ

উৎক্ষিপ্য দক্ষিণং পাদমুল্লঙ্ঘ্য চ মুহুর্মুহুঃ ।
বামেন শিখরং ধৃত্বা দক্ষিণেন পতাকিকাম্ ।
তুরঙ্গিণী গতিঃ প্রোক্তা নৃত্যশাস্ত্রবিশারদৈঃ ।।২৮১।।

## সিংহী গতিঃ

পাদাগ্রাভ্যাং ভুবি স্থিত্বা পুর উৎপ্লুত্য বেগতঃ
করাভ্যাং শিখরং ধৃত্বা যানং সিংহগতির্ভবেৎ ।।২৮২।।

## ভুজঙ্গী গতিঃ

ত্রিপতাককরৌ ধৃত্বা পার্শ্বয়োরুভয়োরপি ।
পূর্ববদ্ গমনং যত্র সা ভুজঙ্গী গতির্ভবেৎ ।২৮৩।।

## মণ্ডূকী গতিঃ

করাভ্যাং শিখরং ধৃত্বা কিঞ্চিৎ সিংহসমা গতিঃ ।
মণ্ডূকী গতিরিত্যেষ প্রসিদ্ধা ভরতাগমে । ২৮৪

---

তুরঙ্গিণীগতি ( শগোল )—য়েৎকী খোঙ থাংগত্ত না ওয়গী খুৎপু শিখর শারগা য়েৎনা পতাকহস্ত ওইহন্দুনা চোংনা চোংনা চৎলবদি ঙগোইহৈবশিংনা মদুবু 'তুরঙ্গিণীগতি' কৌনৈ ।।২৮১।।

সিংহীগতি ( নোংশাগী শাজৎ )— খূৎ অনিমক্কা শিখরহস্ত শারগা খোঙ্-যোন অনিমক কাওদুনা নেৎলগা চোংনা চোংনা থুনা চৎলবদি মদুবু 'সিংহীগতি' হায়না কৌই ।।২৮২।।

ভুজঙ্গীগতি ( লিনগী শাজৎ )—খূৎ অনিনা ত্রিপতাকহস্ত ওইরগা হায়রগুম্না নাক অনিমক্কা ( কৈনা কৈনা ) চৎলবদি মদুবু 'ভুজঙ্গীগতি' কৌই ।।২৮৩।।

মণ্ডুকীগতি ( হঙোই খোঙচৎ )—ভরতকী নাট্যশাস্ত্রনা হায় মতুদি—খূৎ অনিমক্কা শিখরহস্ত ওইরগা নোংশাগুম্না তপ্না তপ্না চৎলবদি ( সিংহী গতিগুম্না তপ্না চোক্তুনা চৎলবদি ) মদুবক 'মণ্ডূকী গতি' হায়বদি ওইয়ে ।।২৮৪।।

## বীরাগতিঃ

(১) বামে তু শিখরং ধৃত্বা দক্ষিণেন (২) পতাকিকা।
দূরাদাগমনং যত্তু বীরাগতিরুদীরিতা ।।২৮৫।।

## মানবীগতিঃ

মণ্ডলাকারবদ্ ভ্রান্ত্যা সমাগত্য মুহুর্মুহুঃ।
বামং করং ন্যস্য কটৌ দক্ষিণে কটকামুখম্।
মানবী গতিরিত্যেষা কথিতা পূর্ব্বসূরিভিঃ ।।২৮৬।।

## উপসংহারঃ

মণ্ডলানি প্রযুক্তানি তথৈবোৎপ্লবনানি চ।
ভ্রমর্য্যশ্চৈব চার্য্যশ্চ গতয়শ্চ পরস্পরম্।
একৈকভেদসম্বন্ধাদনন্তানি ভবন্তি হি ।।২৮৭।।
এতাশ্চ নর্ত্তনবিধৌ শাস্ত্রতঃ সম্প্রদায়তঃ।
সতামনুগ্রহেণৈব বিজ্ঞেয়া নান্যথা ভুবি ।। ২৮৮।।

ইতি শ্রীভগবন্নন্দিকেশ্বর কৃতম্ অভিনয়দর্পণং সমাপ্তম্ ।।

---

বীরা গতি—( অকল অথোগী শাজৎ ) ওয়গী খুৎনা শিখর ওইরগা য়েৎনা পতাক শাদুনা অরাপ্পদগী চঙলকপা মতো অদুবু 'বীরা গতি' হায়না কৌই ।।২৮৫।।

মানবী গতি—( মীগী খোঙচৎ ) খাঙদা ওয়গী খুৎ থম্নগা য়েৎকী খুৎনা কটকা মুখ হস্ত শাদুনা লৈনা লৈনা চত্তুনা অসুম লাকপবু থায়নগী পণ্ডিতশিংনা 'মানবী গতি' হায়না কৌনৈ ।।২৮৬।।

### উপসংহার ( লোয়শিনবা )

মণ্ডল, উৎপ্লবন, ভ্রমরী, চারী অমসুং গতি—মখোয় অসিগী অমমমগী তোপ্পা তোপ্পা থাইদোক্লবদি মণ্ডলগী মথল অসি ওহোক্লা য়ামগ্রে ।। ২৮৭।।

শাস্ত্র অমসুং সম্প্রদায় খেন্নবা মতুংইন্না লগোইগী মরমদা মথলশিং অসিদি মতুংদা লাকদবা মীশিংনা নাট্য শাস্ত্র হৈবা মীশিংগী থৌজাল্লগী থঙবা ওয়গদবা মঙায়রে—নত্রবদি অতোপ্পা পাম্বৈনা খঙবদি ওইথোক্কে ।।২৮৮।।

শ্রীনন্দিকেশ্বরনা লেংবা অভিনয়দর্পণ মতাং অসিদা লোইরে ।।০।।

---

(১) বামেন—পাঠ (২) পতাকিকাম্—পাঠ

# পরিশিষ্ট

## অথ অষ্টরসাঃ

শৃঙ্গার-বীর-করুণাদ্ভুত-হাস্য-ভয়ানকাঃ।

বীভৎস-রৌদ্রৌ চ রসাঃ শান্তশ্চ (১) কৈশ্চিদিষ্যতে ॥১॥

**অর্থ**—রস মথল ৮ নি মতুদি— শৃঙ্গার, বীর, করুণ, অদ্ভুত, হাস্য, ভয়ানক, বীভৎস অমসুং রৌদ্র। কনাগুম্বনা ‘শান্ত’ হায়বা রস অমন্থ হেজিন্না লৌনৈ ॥১॥

## শৃঙ্গারস্য অবস্থা ভেদাঃ

শ্রুতাক্ষি প্রীতিহৃৎ সঙ্গাঃ সঙ্কল্পো জাগরস্তথা।

অস্মুতা চাপি চ মরণমিত্যবস্থাঃ (২) প্রপঞ্চিতাঃ ॥২॥

**অর্থ**—নায়ক নত্রগা নায়িকাগী মপাউ তা-নবা, অহানবা হেক উয়বমক্তদা পেয়জবা, থম্মোইনুংদা অনুরাগ পোক্নবা (পায়বা), সঙ্কল্প (পুক্নিঙ য়ুংনবা), তুমদবা, হকচাং (য়াঙ) কংথ্রকপা, মপানগী থুংঙাই য়াইফ পুন্নমকী থাখল থাদোয়কপা, ইকাইবা থাদোয়কপা, শুঙ্কৎপা বাহবা অমসুং শিবা মথোয় অসি শৃঙ্গারগী মথল মক্তনি ॥২॥

(৩) চক্ষু প্রীতিশ্চ চিন্তা চ সঙ্কল্পো গুণকীর্ত্তনম্।

ক্রিয়াদ্বেষশ্চ তাপশ্চ লজ্জাত্যাগস্ততঃ পরম্।

উন্মাদমূর্চ্ছামৃতয় ইত্যবস্থাঃ স্মৃতাঃ পরৈঃ ॥৩॥

**অর্থ**—মিৎকী পেন্ননিঙাই ওইনবা (য়েংনজনিঙবা), কাউঙমদনা থনবা, সঙ্কল্প (মা ঐগী শোয়দনা ওইগদবনি হায়বনচিংবা পুক্নিঙ য়ুংবগী মতৌ ওই-রকপা), গুণকীর্ত্তন (মগুণ শকপা শোনবা), ক্রিয়াদ্বেষ (কনক থমন থাখলদগী ওয়া তৈনবা ঙাক্না তৌশিনকপা), ইকাইবা থাংমা লাংহোয়কপা, মথংদনা ঙাওচৎনয়কপা, বাহবা (জ্ঞান মাঙবা) অমদি শিবা—মথোয় অসিসু কনা কনা-গুম্বনা শৃঙ্গারগী মথলদি মসিনি হায়না লৌনৈ ॥৩॥

---

(১) শৃঙ্গারঃ শুচিরুজ্জ্বলঃ—অঃ নাঃ শাঃ

(২) বিষয়নিবৃত্তিশ্চাত্রপা তথা—অঃ নাঃ শাঃ

(৩) মসিগী মথক্তা অঃ নাঃ শাঃগী অভিনয় দর্পণদদি “মোহো মূর্চ্ছা চ মরণমিত্যবস্থাঃ প্রপঞ্চিতাঃ” হায়বা লাইন অমা হেন্না য়াওই।

(১) লালসোদ্বেগ-জাগর্য্যা তানবং জড়িমাত্র তু ।
বৈয়গ্র্যং ব্যাধিরুন্মাদো মোহো মৃত্যুর্দশা দশ ॥৪॥

অর্থ—অপাবা, লাওতরবা, তুমদবা, যাওকংববা, তুকক তুকাইচনবা, ইথক থকৎপা, অমাবা ওনবা, জাওচৎনরকপা, তুমংপা অমদি শিবা—কিময় ১০ অসি শৃঙ্গারগী মওঙনি ॥৪॥

নয়নৈর্জনয়েদ্ ভাবং ভাবাৎ স্পর্শং সমাচরেৎ ।
স্পর্শেন দ্রবমুৎপাদ্য রতিং পশ্চাৎ সমাচরেৎ ॥৫॥

অর্থ—মিৎয়েং নায়েংনা অনুরাগ পোকহনগনি, মথংদা শোক্ক শয়গনি, শোক্ক শয়জনা থম্মোই মহী লাওথোকহনগনি মথংদনা নৈপুন ওইগনি ॥৫ ।

## চিন্তা

কিং করিষ্যতি কিং ধ্যায়েৎ কান্তে কি বক্তি ভামিনী ।
ইতীব মানসোৎকণ্ঠা সা চিন্তা পরিকীর্ত্তিতা । ৬॥

অর্থ—চান্নবীনা করি তৌরমগনি, করি খল্লমগনি, হন্জীক কদাইদা লৈরমগনি, করি হায়রমগনি অসিনচিংবা পূক্কিঙ্গী লাওতরুবা মওঙ্ অসিবু চিন্তা হায়না কৌই ॥৬॥

যামি তামরবিন্দাক্ষীং পিবাম্যধর পল্লবম্ ।
রমামি নিতরাং সার্দ্ধং তয়েতি সুদৃঢ়ং পুনঃ ॥৭॥

অর্থ—মিৎমা-থম্বাল-লৈকা-মানবী অহুগী মনাক্তা চৎকনি, তত্তাংবী মচীনবান অদুবু চূপকনি । অমুক হন্না মাগা লোয়ননা অচেৎপা নৈপুনগী মুংঙাইবহু ফংজগনি ॥৭॥

## সঙ্কল্পঃ

ত্বাং বিনা নহি জীবামি সৈব মে পরমং ধনম্ ।
ইতঃ পরং সা শরণমিতি সঙ্কল্প ঈরিতঃ ॥৮॥

অর্থ—মহাক নত্রবদি ঐ হিংলরোইদবনি, মহাক্তনা ঐগী অথোইবা ইরলনি, অহুগা মথংদনা মহাক অহুত্তনা ঐগী অমত্তা ওয়বা তাংজফমনি—অসিনচিংববু 'সঙ্কল্প' হায়না কৌই ॥৮॥

---

(১) লাইন অনি অসি অশোক নাথ শাস্ত্রীগীদা য়াওদে ।

## গুণকীর্তনম্

এষা মৌলিবিভূষণং মৃগদৃশামেষা পরং জীবনং
তাং ত্যক্ত্বা নহি কিঞ্চিদস্তি শরণং যূনাং রসোল্লাসিনাম্ (১)।
সা ভূষা ভুবনস্য কিং পুনরিয়ং কামস্য সম্মোহন-(২)
মিত্যেবং প্রতিভাতি যা গুণ স্তুতিঃ স্ত্রীপুং প্রভেদেঽপি সা । ৯।।

অর্থ—নূপী পূময়কী মকোক্কী লৈতেং ওইবী ( নূপী পূময়ক্তগী হেন্দোক থোইদোকপী ), শাজ ঙিং-তা তাবী নূপী অসিনা ঐগী থবাম শকপীনি, কোয়না রস থিরিবা ( রস পাম্বা ) পাখংশিংগী কাদদি-মহাক অসি নত্তনা অতোপ্পা চঙ্জ-ফম অমা লৈতে। মহাক্তি তাইবঙ্পানবা পূময়কী লৈতেং ওইরিবীনি, কম্বিবু অমুক হায়কগদগে—মফাক্তি কাম কোবা শাই অদুবু ফাওবা শুম্মাংলিবীনি—অমুম তৌনা নিপানা নূপীগী, নূপীনা নিপাগী মশুগ শক্ত শোয়বা ( থাগৎনবা ) মতৌ অদুবু 'গুণকীর্তণ' তৌবা হায়না কৌই ।।৯।।

## ক্রিয়াদ্বেষঃ

গচ্ছ গচ্ছসি চেত্তাং ত্বে (৩) নাহং কান্তা ন মে পতিঃ।
ত্বং চেতি কথনং যত্র তত্রাসৌ (৪) দ্বেষ উচ্যতে ।।১০।।

অর্থ—মাগী মনাক্তা চৎপদো অহুম্মক চৎলু, ঐদি নঙ্গী চায়বী নত্তে অহুগা নহাকস্থ ঐগী কনাসু ওইদে—অসিনচিংবসি ক্রিবম মতুংইন্না হায়নববু ক্রিয়াদ্বেষ ( কল্লক-খঙ্ময়বা মতৌ ) কৌই ।।১০।।

## তাপঃ

কিং করোমি (৫) কুসুমাস্ত্রো মাং পঞ্চভির্বাণসঞ্চয়ৈঃ।
তপত্যনন্তরং গাত্রং তাপোঽসৌ পরিকীর্তিতঃ । ১১।।

অর্থ—নৈ-না ক্ষেন ওইনবা কামদেবনা মাগী তেন মথল মঙানা ( পঞ্চবাণ ) থাহুনা মতম পূময়ক্তা ঐবু চাকথেকহল্লকলে—ঐদি করম্না থাজ্জনলি? অসিগুম্বা মতৌ অসিবু 'তাপ' ( মৈচাক নত্রগা মৈশা লাংবা ) হায়না কৌই ।।১১।।

---

(১) রসোল্লাসিনীম্—পাঠ (২) বাচা পরং জীবনং—পাঠ—অঃ দাঃ শা,
(৩) ত্বাং—পাঠ (৪) কথনং—পাঠ (৫) করোতি—পাঠ

## লজ্জাত্যাগঃ

দোর্ভ্যাং সমাশ্লিষ্য পয়োধরৌ তৌ প্রচুম্ব্য বিম্বাধরপারভাভ্যাং ।

সুখেন সুপ্তঃ শয়নে নিশায়ামুদ্বোধিতোঽহং চরণাম্বুজেন ॥১২॥

অর্থ—মিৎয়া কোইরাওনবী ঐগী চান্নবীগী থবাক ঙানফম অনি অদুবু খুৎনা নোইজত্তনা অমদি তম্বান ঙমঙবী চীনবান মথক মখা অদুবু পেম্না চুপচত্তনা সুংঙাইনা কম্মুংদা অহিং যাত্তাজয়বদা ( মাগী ) খোঙ্গাও ফ'বদগী ঐ হৌগংখিবনি ॥১২॥

## উন্মাদঃ

চিত্রে লিখিতমালোক্য নায়কং কঞ্জনাঙ্গনা ।

পরিরভ্য দৃঢ়ং দোর্ভ্যাং চুচুম্বে গণ্ডয়োরমুম্ ॥১৩॥

অর্থ -কনাগুম্বী নুপীনা নায়ককী ( মাগী চান্নবগী ) অয়েকপা মুর্ত্তি উরগা মখুৎ অনিমক্না পায়দুনা মদুবু চেজেংনা কোনশিল্লগা মতুগী মায়থোং চুপচখি ॥১৩॥ অসিগুম্বা মতৌ অদি ঙাওচৎনরকপনি ॥

## মুর্চ্ছা

যত্রাঙ্গনায়া বৈকল্যং পঞ্চপ্রাণনিরোধনম্ ।

অসংজ্ঞা যামমাত্রং সা মূর্চ্ছাবাস্থা মৃতির্নহি ॥১৪॥

অর্থ-নুপী নত্রগা নিপাগী মপা লেকথরকপা, প্রাণ মঙা ( খবায় মঙা—নুংশিং মঙা = প্রাণ, অপান, সমান, উদান ব্যান ) খিংখিবা ( স্বর খিংখিবা ) অতুগা য়ুথক অমগী মতম কাওবা অতুম্বা জ্ঞান মাঙতুনা লৈবা মতৌ অদুবু মূর্চ্ছা ( রাম্বা ) হায়না কৌই। মসি অশিবগা মতৌ হাইফেৎ মান্নরবসু শিবমক্তি নত্তে ॥১৪॥

## অভিনয় দর্পণদা য়াওবা লাইনচিংবগী মশক মওঙ নচিংবা থরদং চাউরাক্না উৎলি মচুদি—

১। ব্রহ্মা — লাইরিক অসিগী অহৌবদা ব্রহ্মাবু মমায় মরি পানবা হায়রি। মচাক্না মমায় মরি পানখিবগী মরমদি মহাভারততা ইরি মচুদি— সুন্দ অমসুং উপসুন্দ কৌবা হিংচাবা মচীন্মনাউবু মহৈ মহৈ হাংনহন্নবা মথোল অহুমগী ফজবা পুন্নমক্তগী থোয়দিং মরু অমমমগী মচাং লৌথংলগা বিশ্বকর্মাবু তিলোত্তমা কৌবী নূপী অমা শেমহনখি। নূপী অসিবু মুন্নবদা হিংচাবা অনি অমু টৈনহনা শিমিন্নখি। তিলোত্তমাগী নিঙথিবা মশক উবদা ব্রহ্মাসু শুম্নাংখি। তিলোত্তমানা চৎপা মায়কৈ মায়কৈদা মাবু য়েংনবা ব্রহ্মাগী মমায় অমমম চোংথোরকখি। অসুম তৌহুনা মমায় মরি শুখিবদগী ব্রহ্মাবু চতুর্মুখ হায়নসু খঙনখি।

২। গন্ধর্ব— কশ্যপকী অতোপ্পী নূপী অমদি দক্ষগী মচানূপী অরিষ্টাদগী গন্ধর্ব হায়বসি শন্দোকখি।

৩। অপ্সরা— কশ্যপকী নূপী স্বসাদগী অপ্সরাশিং পোকখি। মথোয় অসি স্বর্গোই ঈশৈদা য়াম্না হৈশিংই। উর্বশী, মেনকা, রম্ভা, ঘৃতাচী, তিলোত্তমা মথোয় অসি অকাওবীনি।

৪। উষা— মাগী মরমদি মথক্তা তাকখ্রে।

৫। নারদ— ব্রহ্মাগী মচানি। ব্রহ্মাদগী ঈশৈ তমখি। মথংদা গন্ধর্ব অমদগী অহেনবা অমুকসু তমশিল্লগা মহাক্না বীণা পায়দুনা হরিগুণ শক শোয়্না শোয়্না মফম থুদিঙ কোয়না চৎখি। বিষ্ণুগী থৌজাল্না মহাক মমৈদা 'ব্রহ্মানন্দ' কংখি।

৬। গণেশ— বিষ্ণুগী বরনা পার্বতীনা মচানিপা অমা পোক্লবদা লাই ময়ামনা অঙাং য়েংবা লাকখি। অতৈ লাইশিংনা তৌবগুম্না শনিদি অঙাংবু য়েংদবা উবদা পার্বতীনা মরম হংখি। শনি থুমখি, ঐনা য়েংলবদি অঙাং অসিগী মঙ্গল ওইরোই হায়গুনা তৌবনি। পার্বতীনা মপ্পাক্নবদা শনিনা য়েংলুবদগী অঙাং অচুগী মকোক য়াওখিদে। পাউ ফংদুনা বিষ্ণুনা শাবু মকোক অমা পুরকুনা অঙাং অচুগী মপাদা পানশিন্দুনা হিংলহনখি।

অঙাং অসিবু মীনা মরিং মরাং উদনবা হায়দুনা লাইশিংনা লেপথি মদুদি—অঙাং অসিবু খ্বায়গী মমাঙদা হায়না পূজা তৌত্রবদি লাই অমত্তন'. তৌরিবা পূজা অদু লোরোই। মরম অসিদগী অঙাং অসিবু গণেশ ( গণ+ঈশ ) হায়না খঙনথি। মতম অমদা শিব-পার্ব্বতীনা তুম্লিডেদা পরশুরাম লাকপদগী মতম অদুদা থোঙ শংলম্বা গণেশনা মাবু চঙহন্দবদগী মখোয় অনি অকনবা লান তৌনবদা পরশুরামগী শীংজংনা খাবদা গণেশকী ময়া অমা তেকথি।

৭। লক্ষ্মী— মহর্ষি ভৃগুনা দক্ষগী মচানুপী খ্যাতি লোৌদুনা লক্ষ্মী পোকথি। লক্ষ্মীনা নারায়ণগী সেবা কংথি। দুর্ব্বাসানা শাপ তৌদুনা ইন্দ্রনা স্বর্গদা লৈবা য়াথিত্রবদা লক্ষ্মীশু সমুদ্রগী ঈখুংবঙদা লুপথি। লাই হিংচাবনা সমুদ্র নৈরবদা অমুক হন্না লক্ষ্মী থোরক্রবদা হিংচাবশিংনা মাবু পায়দগী লাইশিংগা লান কয়া শোক্রথি। বিষ্ণুনা মায়া তৌদুনা লক্ষ্মীবু অমুক হন্না কংবা ঙমথি। ( ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত )

সরস্বতী— পরমাত্মা ভগবানগী মায়থোংদগী থোকথি। কুচু ঙৌই, বীণা পায়, থাবলগুম মঙান চেল্লি। সৃষ্টিগী মতমদা ঈশ্বরগী ইচ্ছানা অথোইবী শক্তি মঙাথক পুথোকথি মদুদি রাধা, পদ্মা, সাবিত্রী, দুর্গা অমসুং সরস্বতী। হায়রিবা সরস্বতী অসি কৃষ্ণগী থোরীদগী থোকথি অমসুং নারায়ণগী সেবা কংজথি।

চন্দ্র— ব্রহ্মাগী মানস পুত্রনি, অত্রিগী মচানি। চন্দ্রনা হেক পোকপগা কাংথোঙ অহুম পানবা দোলাই তোংদুনা পৃথিবীবু কোয়দুনা মঙান য়েল্লি। কৃত্তিকা, রোহিণী, ভরণীনচিংবী দক্ষগী মচানিঙোল ২৭ মক চন্দ্রনা লৌথি। থানা রোহিণী মৎত্তবু লুনা তৌবদগী নুপী অতৈনা মপা দক্ষদা য়াকৎলুহদা দক্ষনা থাবু মচা পোকনু অদুগা যক্ষ্মা ( যংথার ) থুংউ হায়না শাপ তৌথি। মচানুপীশিংনা কিরদুনা শাপ অদু হন্দোকপিয়ু হায়জরবদা দক্ষনা মওঙ অসুম্না অমুক ওন্থোকথি মদুদি থা অমগী মনুংদা নুমিৎ ১৫দি শাপকী মতুংইন্না মশা তুমশিল্লকপা ওইসনু অদুগা নুমিৎ ১৫নি অমদনা অমুক মথং মথং হাম্‌গুম্না লোয়থোক চাউথোরকসনু। মওঙ অসিদগী থাগি-থানিল থায়ত্রিবনি।

মথক্কী অসিনা কালিকাপুরাণগী কাহীনি। বিষ্ণু পুরাণদা য়াওবনা মা অসিস্থু সমুদ্র নৈবদা থোরকখি। অমৃত থকপা মতমদা রাহু হায়বা হিংচাবা অমনা লোয়না চন্দ্রদগী থানা বিষ্ণুদা তাকখি। রাহুগী মথোয়নীদগী অমৃত তাখিজিঙৈদা বিষ্ণুনা মাগী মতক ককথংখি। মতম অসিদগী হৌহুনা তাঞ্জা হেক ফংবগা রাহুনা থাবু হেক হেক য়োং'শিল্লি অদূবু মতক কক্কবনা মথাগী অহোবদা থানা অমুক হেক্তমক থোরকই। মসি ঐথোয়না গ্রহণ লাকপা ওইনা উরিবসিনি।

গরুড়—কশ্যপ মুনিগী মচানি, মমানা বিনতা কৌই। বিনতানা মরুম অনিথক কোনখি। মতমচাদনা কায়থিবদগী অমনা মশাগী থা থংবা শরুক য়াওথিদে। মাগী মমিংনা অরুণ কৌখি। অরুণনা সুমিংকী শাথোবা ওইখি। মরুম অমদি চহি চা কয়াগী মতুংদা পোকথাররুনা গরুড় থোরককখি। মসিগী মশা তংথায় অমনা উচেক্কী, তংথায় অমনা মীগী মশক্তি। মমায়গী মচু ভোই, মশা অনিনা ভাংই, অহুগা মশাগী মচুনা সনা মচুনি। মচীয়া উচেক মচীন পান্নি, খুঙ্গীনস্থু উচেক্কী অহু-গুম্বনি।

মন্মথ—( কামদেব ) ব্রহ্মাগী থম্মোইদগী পোকপনি। কামদেবনা ব্রহ্মামকপুম্বু মাগী তেন্না থাহুনা ভাওহনখি। মসিদগী ব্রহ্মানা মচানুপী শতরূপাবু নত্তবা মিৎয়েংনা য়েংখি। ব্রহ্মানা শাউহুনা কামদেবু মহাদেবগী মিৎয়েংনা উং ওইসনু হায়না শাপ তৌখি। সতীনা পার্ব্বতী ওইনা পোক্লগা মহাদেব ফংনবা লাই নিঙ্খি। মতম অসিদা মহাদেবদি হিমালয়দা অকনবা তপস্যা তৌহুনা লৈরম্মী। পার্ব্বতীনা সুমিং খুদিঙ্গী লাকুনা মহাদেববু পূজা তৌখি। ইন্দ্রনা কামদেবদ ইনশিন্নুনা মহাদেবগী লাইনিঙ্ থুগায়রুবদগী অশাউবা মিৎয়েংনা য়েংহুন। মবু উং ওইহনখি। কামদেবগী নূপী রতিনা হায়জবদগী মহাদেবনা পেনবিরহুনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী মজাইকুংডো প্রদ্যুম্ন ওইনা পোকহনবীখি। কামদেবগী মমিং-শিংদি মন্মথ, মদন, কন্দর্প অমসুং অনঙ্গ হায়না কৌই।

যম— সুমিংকী মচানি, মমানা বিশ্বকর্ম্মাগী মচানুপী সংজ্ঞা কৌবীনি।

সংজ্ঞাগী মচা অনিমনি—বৈবস্বতমনু, যম অমসুং যমুনা। যমনা দক্ষপ্রজাপতিগী মচানুপী ১৩ থক লৌথি। যমদি ইরোই তোংই। অতোপ্পা মমিংদি ধর্ম্ম মত্তুগা ধর্ম্মরাজ হায়না কৌই।

কুবের—ব্রহ্মর্ষি পুলস্ত্যগী মশুনি। বিশ্রবা অমসুং ভরদ্বাজগী মচানুপী দেববর্ণিনীনা পোকপনি। মহাক্কা ব্রহ্মাগী বরদগী অমর ওইথি, অমাং ভাকপা লাইনি, ধনগীসু মপুনি। মাগী পুষ্পকরথ অমা লৈরম্মী। মাগী মমা অতোপ্পীনা পোকপা মনাউনিপা রাবণনা মাবু তাম্বোক্লুনা লঙ্কাদা পালহোই অমসুং পুষ্পকরথসু মুনহোই। মতম অদুদগী হৌনা কুবেরনা কৈলাসতা লৈথি। কুবেরগী মথোঙ্ অহুম পাল্লি, ময়ানা ৮ থক্তমকনি। মাগী নুপীনা 'আহুতি' কৌই।

সূর্য্য—কশ্যপ অমসুং অদিতিগী মচানি। সূর্য্যনা বিশ্বকর্ম্মাগী মচানুপী সংজ্ঞা লৌদুনা মচা অহুম পোকখি মদুদি—বৈবস্বতমনু, যম অমসুং যমুনা। সূর্য্য ভগবানগী অকনবা তেজ থাঙ্বা ঙমদনা সংজ্ঞানা ছায়া কৌবা মাগী শকলোন অমা পুথোক্লুনা থনম্লগা মহাক্কা উত্তরকুরুবর্ষদা শগোল অমোম ওইনা লৈথি। ছায়াবু সংজ্ঞানি নিঙ্লুনা সূর্য্যনা মতোন্দা মচা অহুম পোকখি। মচানিপা অহুম্না সাবর্ণি মনুনি, অতোপ্পনা শনিনি অমসুং মচানুপীনা তপতী কৌই। মমৈদা খুমিংনা ছায়াবু সংজ্ঞা নত্তে হায়বা খঙ্লক্লুনা শগোলগী মশক লৌদুনা চংখ্রগা উত্তরকুরুবর্ষদা সংজ্ঞাগা তিন্নখি। মতম অসিদা অশ্বিনীকুমার অনি পোকখি। বিশ্বকর্ম্মানা মমৈদা সূর্য্যগী অয়াকপা তেজ অদু হুন্থনবা হায়দুনা সূর্য্যগী মশাদগী নিপালশুবা শরুক অমা ককথংখি। ককথংলবা শরুক অসি পৃথিবীদা তাখি। শরুক অসিগী অচাকপা শরুক্না বিশ্বকর্ম্মানা বিষ্ণুগী চক্র, শিবগী ত্রিশূল, কুবেরগী পাশ, কার্ত্তিকগীনা থাঙ্শাং অম'দ লাইময়ামগী মাগী মাগী খুৎলাইনচিংবা শানখি।

বুধ— চন্দ্রনা বৃহস্পতি গুরুগী নুপী তারাবু পুদুনা চংখ্রবদা লাইরায়া তারাবু হল্লকবা হায়বদসু চন্দ্রনা য়াদ্রবদা রুদ্রদেবগা চন্দ্রগা অকনবা লান শোক্লখি। ব্রহ্মানা থামজিন্দুনা তারাবু বৃহস্পতিদা পীখি। মতম অদুদা তারা অসি মীরোম্লুনা মচানিপা অমা পোকখি। তারানা অতাং অদুগী

মপাদি চন্দ্রনি, হায়রুনা চন্দ্রদা পীখি। চন্দ্রনা অন্তাং অমুবু 'বুধ' হায়না কৌহুনা গ্রহশিংগী মকোক ওইহনখি। বুধনা বৈবস্বত মনুগী মচানুপী ইলা লৌহুনা পুরূরবা পোকাখ।

বৃহস্পতি— মহর্ষি অঙ্গিরাগী মচানিপানি। মমানা শ্রদ্ধা কৌই। অঙ্গিরাগী অকনবা তপস্যানা অগ্নিদেবগী শক্তি পুন্নমক নমহৎত্রবদা অগ্নি দেবনা ঈশিং মন্থংদা চঙবা তপ তৌহুনা খাওখি। মবৈদা অঙ্গিরানা মাগী তেজ পুন্নমক অগ্নিদা পীখোকত্রগা অগ্নিদেবনা মতোন্দা বর পীহুনা বৃহস্পতি পোকহনখি। বৃহস্পতিনা লাইশিংগী গুরুনি।

শুক্র— ভৃগু মুনিনা পোকপানি। মতম অমদা লাইশিংনা অকশিন্নকপদা হিংচাবশিংনা ভৃগু মুনিগী নুপীগী আশ্রমদা থুপখি। মকম অদুদা লাইশিংনা চঙবা যাত্রবদা বিষ্ণুনা ভৃগুগী নুপী অদু চক্রনা মওক ককথৎখি। ভৃগুনা শাউহুনা বিষ্ণুবু মী ওইনা তরেৎলক হন্না পোন্নবা শাপ তৌখি। ভৃগুনা মাগী নুপীবু হিংগৎহনখি। মখোয়গী মচানিপা শুক্রনা মমা হাৎপদগী লাইমথৈবু য়েংখিবা হৌখি। মহাক্না নোংমা যোগগী পাঙ্গলনা কুবেরগী মরল মথুম পুন্নমক মৎখি। কুবেরনা মহাদেবদা তাক্লুরবদা মহাদেবনা শুক্রবু ত্রিশূল পায়হুনা হাংকে তৌখি। শুক্রনা ত্রিশূল মতোন্দা চঙজরবদা মহাদেবনা শুক্রবু পুকুংদা য়োংশিনখি। মথংদা মহাদেবনা ঈঙুংবওদা লৈহুনা চহি যাম্না কুইনা তপ তৌখি। মহাদেবগী মপুক্তা লৈবদগী শুক্রগীম্ন যাম্না কাম্নবা কংখি। শুক্রনা মাবু থাদোক-পিনবা হন্না হন্না হায়জরবদা মহাদেবনা মহাকপু লিঙ্গরোমদা থাদোকপিখি। লিঙ্গবু 'শিশ্ন' কৌই। শিশ্নদগী থোক্লকই হায়হুনা 'শুক্র' কৌখি।

শনি— সূর্য্যনা ছায়া পায়হুনা শনি, সাবর্ণি ( মনু ) অমসুং তপতী অহুম পোকখি। শনিনা চিত্ররথকী মচানুপী লৌই। মতম অমদা শনিনা ধ্যান তৌহুনা লাই নিঙলিদৈদা ঋতুস্নান ( মকোক লুকবা ) তৌরবী মাগী নুপীনা নিঙখিনা কিজেং লৈতেংহুনা লাক্লগা মপুয়োয়বদা সেবা কংহনখিনবা হায়জরবদা শনিনা হন্না য়েংবীরক্তবদগী শাউহুনা শাপ তৌখি—'নহাক্না এক্লেক য়েংলুবা, মী মথৈ তুম্না ওইসনু।' শাপ অসি লৈবদগী শনিনা

পার্ব্বতীগী মচা গণেশ পোকপদা শ্লোজুবগী গণেশকী মকোক কেনখি। পার্ব্বতীনা শাপ অমত্নু তৌখিবদগী শনিগী মথোঙ তেকখি। মসিদগী শনি অহু কয়া চংপা ঙমখিদে।

রাহু— বিপ্রচিত্তি কৌবা হিংচাবগী মচানি, মমানা সিংহিকা কৌই। সমুদ্র নৈথিবা মতমদা বিষ্ণুনা মোহিনী রূপ ধারণ তৌদুনা লাইশিংদা অমৃত য়েন্দুনা পীথক্লিঙৈদা রাহুনা লাই-শাদুনা লাই মরক্তা নৈরগা অমৃত থক্লম্লবদগী থকচিনখিবা অমৃত অদুনা মাগী মথোয়গী হেক য়োরকপদা চন্দ্র (থা) না লাইশিংদা মাবু (রাহু) মশক তাকখি। বিষ্ণুনা চক্রনা রাহুগী মঙক ককথংখি। অমৃত থকপ্লবনা রাহু শিখিদে। মকোক্না 'রাহু' অদুগা মশানা 'কেতু' হায়না থঙনখি। মতম অসিদগী হৌনা রাহুনা মুমিং-থা অনিমকপু য়েংথীবা হৌখি। সূর্য্যগ্রহণ, চন্দ্রগ্রহণ তৌরিবসি রাহুনা হেক হেক য়োংপদগীনি।

---

লোইরবা

